ইশানৌ ইবুংঙো লৈরাং, অতোম্বগী করোং খুকুমগে,
ঙাইখোং ভোম্বা ইনাগে। মপু য়াথং ভাবদা,
মৈতৈ লাম্মী হৌদুনা, লাইনিংথৌ খোংদারকলে।
মৈতৈ নিংথৌ লান্দারকলে ভাবদা,
খারম হাওয়াম পুন্নমক,
"খৌরান থাবা নিংথৌদি হাকুম লোংশা তেকপবু
কুমশি খোগাওদবা নিংথৌনে।"
লোইবী হাওয়াম পুন্নমক, ইরোক অস্তুপদা হাইথখ্রে।
চীংশাং অরাংবদা পন লানখ্রে, তম্বা কনা লৈরমদ্রে।
লাইনিংথৌ খৌরান থাবদো, হাওখুন্দা খোংদারকপবু;
মোমু মুজা ওইবী অমদি চরৈ ফীশারমই।
মৈতৈ পোইরৈ নিংথৌনা, নানবা ফীশাশংদা চংশিনখি।
মুজা নংদি কনানো? ইবুং ঐদি খারম নিংথৌগী মচননি,
কোলোইনা কাকয়েন থাংকাঙম্বী কৌই।
ও! মুংশিদা মুজা, খারম লোইবী হাওয়ামদি,
মৈতৈ নিংথৌ লোইনাই খৌরান থাবা নিংথৌদো,
হাকুম লোংশা তেকপবু, কুমশি খোগাওদবা নিংথৌনি।
হায়দুনা ইরোক অস্তুকপদা হাইথখ্রে।
ঐবুদি হুন্দোকপিরমলে রাহৈ অহু ভাবদা,
খৌরান থাবা নিংথৌ হায়রদু ঐনি
ও! নিংথৌও ঐবু থরায় কনবীয়ুকো।
মুজা ওইবী নংবু রারুমু, নংগী শাইনোন থাদা,
চিনলিবা লৈ অহু কদাইদগীনো? ইনিংথৌও!
ঙরাং মুমিদাং লাকপা পাথংনা, পীরম্বা লৈনি।
মকম কদাইদা শাংলি, উতোন্দা শাংলি হায়।
খৌরান থাবা নিংথৌনা, ভুইখোং খোংবান্দা লেংশিল্লগা,

লৈরাং মাবু উরুবদি সা পুকনিং থোইরাংই।
ইপু-শুজা অথৌবা, পামেন উথক্তা শাৎলিবা লৈসে,
লৈরাং চরোং অমত্তং হেকপীয়ুবা অথৌবা।
সা য়াথং তাবদা, তাইতে অমে শুজানা,
লিরুং খুৎতা পায়, লিরী থম্মোইতিং,
লকা তেনমৈ লাকনা; লৈরাং লৈয়ু ফুরুা মালেম থক্তা তারকলে।
মৈদিংঙু থৌরান থাবনা, লৈরাংগী লৈয়ু খুৎতা পায়,
শিঙেন চিংনা য়েংবদি, নিংথৌগী থম্মোই কায়না লৈ।
ইপু শুজা অথৌবা শিঙেন অসিবু য়েংবীয়ুনে।
লৈরাংগী চেংলৌ উরগা, ইশানৌ ইবুংঙো মুংশিবা,
শিঙেন লৈরাং অতোম্বা, য়েনশা নহা মোংয়াং চাওবগী
চেংলৌ শকপু নীংশিংই; শিঙেন নংদি লৈমুংশি,
ইশানৌগী মীংথাং লৌহনা, য়েনশরৈ হায়না মীংথোনগে।
মৈতৈনা য়েনলৈ কৌই।
খুমন অমু নোংগা পানবনা, খুমন পোকপবু থৌনিজ্জে।
পারী অমত্তা পোকচগে, ইমোম অমত্তা ফুইজগে হায়হনা
লাইদা কাইরৈ অমা কংলি, লাইদা কৎপা য়েনদো
মুম্বিদাং তোকমু মৈশাংবনা য়াওজখ্রে। য়েনগী মকোক্তি লৈরম্মী,
কাইরৈ য়েনগী মকোকতো, পামেন উদা থাঙ্গৎতুনা থমখিদো।
য়োৱা লোইদাম য়োৱকপদা, শয়ি উফৈ থক্তুদা,
মরা খোমসিন লোন। তেনৌ য়েননিং চোংহনা
লৈরাং ওইনা লাংঙোনলমগে।
শিঙেনগী কোলোই মমিংথোন; কাইরৈ য়েনগী মকোক্তা ওনখিবা
লৈনি হায়হনা লৈরাং য়েনলৈ হায়না কৌখিদো।
খুমম্মা য়েনলৈ হায়না কৌনৈ।
মোইরাং থরাক নহা লাইরবনা লোইবী তাংগোংলোন কারমদাইদা

মশানৌ মনেম মচা মরুপ্পী, লৈমা নীংথি তরেংবীগা
থাংগা লৈকাই কোইবদা, মুংশি মুংঙোন ৱারীনৈদো।
ইশানৌও! হয়েং ইমুং ঙানবদা লোইবী তাংগোংলোন
কারগে। মশাবীগী ৱা তাবদা — ইশাবীও!
লোইবী তাংগোং লোনগী উয়োককোন্দা, হৈরাংলা লৈরাংলা,
নশানৌগী মেলৌ অমতা পুৰীরকউ।
ইশানৌও! পুরককেদো।
মোইরাং থরাক নহা লাইরবা, লোইবী তাংগোংলোন কাখিদো
পামবা উয়াথেন, পামেন উয়োককোন্দা,
হৈরাং পানবরা য়েংজৈ, লৈরাং শাৎপরা য়েংজৈয়ে।
তাওজিং হৈরাংদি পাল্লমদ্রে।
শিঙেন লৈরাং অমদি ফুগাইনা শাৎলম্মী।
লৈরাং ওইবী নঙদি, ইশানৌ ইনেম মচা মরুপ্পী,
লৈমা নীংথি তরেংবীগী মেলৌ খুদোনহুম ওইরুগে।
লৈরাং পোনচেপ মুংদা হাপত্তুনা,
কেগে মরানয়াইদা হলবাইরকলে।
মশানৌ মনেম মচাগী কাদা, লৈরাং মাবু পুত্তুনা —
থাংগা লৈকাই কোইরকলে মশানৌ মরুপ্পীনা হংজৈদো —
ইশানৌও! লোইবী তাংগোংলোন কাববু
নশানৌগী মেলৌ পুৰীরকপরা?
ইশানৌও! তাওজিং হৈরাংদি পানলমদ্রে,
শিঙেন লৈরাং অমবু, শানৌগী ওইবীয়ুদো।
শিঙেন লৈরাং অসিদি, শিঙেন লৈখোক্লা পীক,
লৈরাং লৈতোম্না পুং করি ওইৰগী মনিংথিনো।
লৈরাং মাগী মচুদি সনাগী মচু মারবা লৈ,
পাথংনা লৈশাবীদা মেনলৌ খুদোম ওইবা লৈ।

## লৈরোল

লৈরাং মাগী কোলোই মৈলৈ লৈশা হায়না মিংথোনখি।
কেগে মোইরাংনা।
মৈতৈনা থোনবা লৈরাংগী মমিংগা মোইরাংনা থোনবা
"লৈরাংগী মমিংগা মিং অহুম্না পুল্লগা,
লৈরাং মাবু কোলোইবা লৈনি।
লৈরাংগী কোলোই মমিংদি মৈলৈ লৈস্না নোংজুমপান থোনখি।
হৈরেম নিংথৌ য়ারবগী মমোমলোই
লিনমুরেন লাকলেন ওন্নীনা,
লৈরাং কোলোই মিংথোনখিয়ে।
হৈরেম পুংমা থকা পুংমা থোন
থুনজান থেনমা থকা থেন অমা থোন
হৈরেম নিংথৌগী মশাইগোল্দা,
শিঙেন মাবু শাৎপা লৈ।
উশা অবাংথংবদা শয়ি লৈ মৈথাংবা শাৎলে।
মথা থংবা উশাদা, পাম্বা কৈমায় মানবা,
লৈরাং শেরাং মুংজুমপাল শাৎলি।
নোংচুপ থংবা উশাদা, কাইরৈ য়েনগী মরুম্না
ওনখিবা, লৈরাং য়েরুমলৈ শাৎলে।
নোংপোক থংবা উশাদা, শাৎলিবা লৈরাং অসিদি-
মৈতৈনা য়েনশরৈ কৌই, থুমম্না য়েনলৈ কৌই,
মোইরাং পাখংনা লৈশাদা মেলৌ থুদোন ওই।
লৈ মাগী মচুদি সনাগী মচু মাল্লি, মেলৌ লৈস্না মমিং অহুমনা
পুম্না থোল্লি। লৈরাং চরোং চুমনা পাল্লি হায়দুনা
মৈলৈ লৈস্না মুংচুমপাল হায়না কোলোইখি।
কদাম্বদি অরাপ্পবু অয়াংববু কদাম্বা হায়না কৌই,
কদাম্বদি লৈমুংশি।

হৈরেম নিংথৌগী মমোমলোই লিনম্নরেন লাকলেন ঙম্বীনা,
লৈরাং মাবু উজবদা, মোমুগী পুক্লিং খোইরাংজৈ।
শিঙেন নঙবু হেকপা ঙম্বা, হৈরেম পাখংদি,
মুবাগী থবাই কৎচগে হায়না লেপচরে।
হৈরেম পাখং পুম্নমক তলা ঙম্বনা পামেন্না তাম্বনা;
লৈরাং হেকপা ঙম্নদে; লিনম্নরেন লাকলেন ঙম্বীনা
মোমুগী পুকনিং বাজথিবনা, মতুনিংথৌ খোম্বনহা
পামেন উকা হৈববু থোনেকচৈয়ে। মতুনিংথৌ খোম্বনহা
পামেন উকাবা ঙমথিদ্রে। অমুক হন্না মতুনিংথৌ
খোম্বা নহা খাবা খুৎচুম্বা লাংশোন তেন হৈবনা,
লিরুং খুৎতা পায়, তেনদোং নমদা পো,
লিরী থম্মোই তিং,
কোরৌ খোয়না য়েং, লকা তেনমৈ লাক্লা কাপথিববু,
লৈরাং চরোং ককতুনা থাদৈদো।
লিনম্নরেন লাকলেন ঙম্বীনা, লৈরাং মাবু চিংনা য়েং,
শিঙেন লৈরাং নহাকতি-লৈরাং নঙবু হেকপা ঙম্বা
ভাংলৌ পাখংদা, মোমুগী থবাইদি কৎম্রে।
ইতুনিংথৌ কাদা থোকপনা,
মোমুগী নিংবা কায়বা তারে,
থাংলেন ইথুৎস্নসিনা মোমুগী য়াইবী মাংলগে।
লৈরাং লৈম্নুংশি মোমুগী থবাই মাংনলৈ।
মেলৌ লৈস্না কদাম্বদি লৈম্নুংশি।

# ওখেললৈ

কেগে মোইরাং লৈবাক্তা,
মোইরাং নিংথৌ ইতেরকী
লোইজা ঙম্বনা পাল্লি ।
পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্তা,
লাইরেল খুমবোংবনা
নিংথৌ ওইনা পাল্লি ।
মৈতৈ নিংথৌ লাইরেল
খুমবোংবগী মমোমলোই
বাংঙমলোন চমু নহাদো ।
শিংঙেল চাওবা লেপফারে,
লৈরাং শাংবা লেপতমলে ।
কেগে মোইরাং নিংথৌ ইতেরকী
লোইজা ঙমবদা মমোম থাজরে ।
ইপাগী ইমোম চরৈহন,
নংদি সনা পামদে লুপা পামদে ।
ইমোম্মা পামজবদি ।
সনা কৈথেল পামজবনি ।
কেগে মোইরাং লৈবাক্তা

তরেং সেম্না লৈহৃনা
সনা কৈথেল শেম্নগা
ইচাদা উনপে হায়হৃনা
কৈথেল শেম্বা লোইরে।
হয়েং ইম্নুং তাল্লগা
সনা কৈথেল ম্রেংগনি।
কেগে শঙাইতু খোংয়াংবনা
কেগে পাওজেল লোইরে।
মোইরাং পাওজেল থুংরে।
তখেল সনা মনিক লল্লোনবনা
সনা লীকোন পুহৃনা
মনিপুর সনা লৈবাক য়োরকলে।
কেগে মোইরাং লৈবাক্কী
মতাও কাইনা য়ুমথৈ তানবগী
য়ুমদা য়ুম থুংডি।
পাথৌ কাইনা য়ুমথৈ তানবা
কেগেনা ইরাং লাং
মোইরাংনা ইনিল নিনবা অসিবু কৈদৌরবগে ?
য়ুমথৈ তানবনা থুম্মি।
পাথৌ তখেন সনামনিক লল্লোনবা।
মৈতৈ নিংথৌ লাইরেল খুমবোংবগী মচা
বাংঙমলোন চনু ইবেম্মদো
মোইরাং নিংথৌদা থাজে।
মপা ইবুংঙো মৈতৈ নিংথৌনা
মোইরাংদা লম লৈহৃনা
সনা কৈথেল শেমলে

হয়েং কৈথেন হোংদৌরি।
অহুগী কেগে ইরাং লাংবনি,
মোইরাং ইনিল নিলবনি।
থারী অসি তাবদা
তথেল সনামনিক লল্লোনবনা খল্লি,
ঐনা তথেল লৈবাক্তগী
পুরকপা লৈ অসে।
মোইরাং মহারাণী ইবেম্মা,
লৈমরেল কমথোন কাবীদা
কংলগে থনজখি।
কেগে ইমুং ভাল্লে
মোইরাং শোইয়া হেনলে।
মোইরাং লৈবাকী মীয়াম পুন্নমক,
কৈথেন হোংবা য়েংলুসি।
লৈবাক মীয়াম তিনপ্রে,
মোইরাং লৈমা ইবেম্মা মহারাণীনা
লাখোং শাদি লুরাংবা,
শামু পিসিন্দ্রাই লমকেৎপা,
মপু মোইরাং নিংথৌগী
খুনেৎ শামু য়াইশাগী
সয়াং থক্তা, সনরুপ্প তাইবোৎ হাপ্পী।
শামু তাইবোৎ মথক্তা,
মোইরাং লৈমা মহারাণী ইবেম্মনা
শকা চাবা চরৈ নমখাং ইন্দুনা
লুপা কাগোক মচুংদা
তবেৎকী শেঙ্গা পাইদুনা,

মালেম থক্তা চাইরকপা,
শেনজানা পুমডৌ ভৌবনা
যায়ক্তা কুন্দো শাংকুম্মী।
য়েংবদা কুম্মে ওইনরে।
তথেল সনামনিক লল্লোনবনা,
চরৈ ফীবু ভক্তা হুক।
নহান তথেল লৈবাক্তগী
পুরকপা লৈরাংদো
চামলৌ লানা য়োমজরে
মবেম্মগী খুয়াখাদা
লৈরাং অমত্তা কংচগে
অশোয় অয়ান পুম্নমকপু
ভাকপীগনি ননাইবু।
ইপু নঙদি কনানো ?
ইবেম্মা ননাই ইপুনি
তথেল মপুংয়াই শিলোং ময়াংয়াইদগী লাকপনি।
ননাইগী ইমিংবা তথেল সনামনিক লায়রবা হায়না কৌজৈ
ইপু সনামনিক লায়রবা
নঙগী শিংভেল লৈরাংদো
খুংথেংননা লৌবীরে।
লাংগোই শায়াংথক্তা
চামলৌ লারোন হাইদোকলে।
শিংভেল মাবু য়েংবদি
করি ওইবগী মনিংথীনো ?
তথেল সনামনিক লায়রবা
শিংভেল কোলোই করি কৌবগে ?

ইবেম্মা ননাই ইপুনা
তখেল লৈবাক্তুগী পুরকপা লৈনি।
ইবেম্মনা লৈরাংগী কোলোই খোনবীয়ু।
কেগে মোইরাং লৈমা,
মহারাণীনা লৈরাং মাবু থাংগৎলৈ ॥
কেগে লৈবাক্কী ইমা ইন্দোল পুন্নমক তাবীয়ু, য়েংবীয়ু।
শিংজেল লৈরাং অসিগী লৈরাংগী মউ তাবদি,
পাখংগী ষনহোই লীচৈ মানবা লৈ,
লৈরাংগী মনা য়েংবদি
কাওয়েন ষনগী ষনলৈ মাল্লিদো,
লৈরাং মানা পোমলগা
মোনুগী খুবী খুনাউ মানবা লৈ।
লৈরাংনা ফুগাইনা শাৎলগা
অচৌবা লুপা পথাপ মানবা লৈ
শিংজেল লাওবা মখোইরেল
লৈরাংগী কোলোই মমিংথোন
ইঙা কুমদমলৈ, ইঙেন কুমখাইলৈ
ইপু তখেল শুজা লায়রবনা তখেল
লৈবাক্তুগী পুরকই হায়হুনা
তখেলগী মীংথাং লৌহুনা ইমা লোইদামলৈ
লোইদাম নবা তখেললৈ হায়না কোলোয়সি।

———

# হাওরৈ

কেগে লৌবাক্ত লৌথোংতা
তাওথোং লৌরেনবা
শিন্দাং চিংফু লৌ
য়ারৌ শঙাই কোংয়েংলৌ
তিংতিনা ইফুলৌ থরা ইভালৌ
খোইবা চিংলাংলেন
খোইহুম্বা লোকমুমস্থম
মোইরাং খাব হুইথৌবগী খাংলে লৌদা
শিঙেন শাংপা লৈনি।
মোইরাং খাব হুইথৌবা,
মতারোই অনী লোল্লি।
পাখংগী তালোই অহম্মা লৈয়েংহনবী কৌই।
পাখংগী তালোই অতোম্বীনা লৈয়েংখুবী কৌই
কেগে খাব হুইথৌবনা
শানৌ নচিন ননাওদি
পাখং ঐগী খাংলে লৌদা লৌতারম্মু।
মোইরাং খাব হুইথৌবা ঐগী
চীংগী পামলৌ অচৌবা

ওকলেন লাব থরাওবনা
পানাউ শিংনাউ তাবা ঙমদ্রে হায়না তারে।
মালংবগা চৈরোইননা
ওকলেন খুমন হল্লুগে,
য়াংদৌ শারম লীরুগে।
ইশানৌ-ও। মচিন ননাওদি
থালৈ লৌতারম্মুকো।
কোলোয় অসি হায়রগা
মোইরাং থাব হুইথৌবা
তেম্বোং নমদা পো,
লীরুং থুত্তা পায়
তাঙম কাঙম য়াদা চীক
ওকলেন খুমন হনখিদো
য়াংদৌ শারম লীখিদো।
অথৌবা হৈনা মতুংদা
শানৌ মচিন মনাওদি
থালৈ লৌতাবা কুম্মকই।
লৈয়েংহন্‌বী মচেমদি
ফীমু খ্বাংচেৎ মচিনাই
হাওশম নমদা পো,
ফৈজা পোপতেক লোন
হৈয়ম কোলোই শোন্দুনা
থালৈ লৌতাবা হৌরে।
মশানৌ লৈয়েংখুবী অতোম্বী
থালৈ লৌতাবা লাকপবু
মশাবী থাব হুইথৌবগী

থালৈ লৌচিদা,
লৈরাং পোম্বোম শাংলম্মী।
লৈয়েংখুবী অতোম্বী,
শিঙেন-ও ! ইতারোই,
লৈরাং নঙবু উবদি
পাইমা পুকনিং খোইরাংই।
লৈয়েংখুবী অতোম্বী ঐনা
প্যারী শাংত্রিবৈ, ইমোম লাংলেন ফুইদ্রিবৈ,
শিঙেন লৈরাং নহাকপু,
মোমুগী নাপ থক্তা চিনগে হায়রুনা।
লৈরাংগী লৈতোন থত্তুনা,
মোমু নাপথক্তা চিনববু।
মচেম লৈয়েংহনবী
মনাক্তা, মশানৌনা চংঙকপবু;
মশানৌগী চেংলৈ শকনা হেনবগা
লৈরাংগী লৈচুনা ফজবগা
শক্তা লৈগা চাম্নরে।
লৈথেংহনবী মচেম্না
শানৌগী চেংলৌ উরগা
মুপা থম্বন বা
নোম্লেন ফীথা থাবা বাবু
হায়রগে থল্লকই।
খোইনৌ মচিন মনাওদি
হয়ম কোলোয় শোন্দুনা
মুবা খ্বাংদি পোল হাইনা,
য়োৎলৈ থুত্তা পায়রুনা

হায়ৌ তেংমাই কাংলেদো।
কেগে মোইরাং খাব হুইথৌবা;
চীংগী পামলৌ অচৌবা,
ওকলেন খুমন হন
য়াংদৌ শারম লীববু
ওকলেন খুমন কংত্রে,
য়াংদৌ শারম মাংঙে
মশানৌ অনীগী নাক্তা
কেগে খাব হুইথৌবা চংশিল্লকই।
লৈয়েংহনবী মচেমনা
মুপা খম্বন বা
নোল্লেন ফীখা থাবা বাবু হৌদোকলে।
ইশাবীও! তাবীয়ু, অথৌবা হৈনা মতুংদা;
ইশানৌ লৈয়েংখুবী অতোম্বী
কেগে ভাংলৌ মোইরাং পাখংগী
মেলৌ খুদোনবু চিল্লিবনি।
য়েংজহৌনে অঙম্বা।
লৈয়েংহনবীগী বা তাবদা,
মোইরাং খাব হুইথৌবনা,
মশানৌ লৈয়েংখুবী অতোম্বীবু
মীৎয়েং শাংখৈববু;
মোমুগী নাপথক্তা
লৈরাং ভাংনা চীনবত্থু
মুপী বাবু চানবে
খম্বন বাবু কোংদোকলে।
ইশানৌ লৈয়েংখুবী অতোম্বী,

পাখং ঐগী হৈনা ইতুংদা,
কেগে মোইরাং তাংলৌ পাখংগী
মেলৌ খুদোন চিনবদি,
মুজা পুকনিং লোংবরা ?
মোমু খোংথাং শোইবরা ?
রাইরা ঈশরুক ওইরগে,
লুইস্নেন ইরাল ওইরগে হাররুনা
লীরুং খুতুম চেৎনা পায়,
নমদা পোবা তেন্দোংগী
তেতৈ শৎলে হায়রগা
লীরি থম্মোই তিং,
লকা চিন্দোল লাকতুনা
মশানৌ লৈয়েংখুবী অতোম্বী,
খ্বাং মাগী পমশিফম,
য়াংলেন মাগী লৈকারম,
মশানৌ মনেম মচাবু,
মশাবীগী তেতৈনা তৈবীরে।
লৈয়েংখুবী অতোম্বী, মুংশি মুংওন বানা
মীৎতগী পীরাং শিম্বরে।
ইশাবীও ! করি ওইবগে
ইচে ইবেম্মা লৈয়েংহুনবীগী
পুকথিন খোনবু লৌরবা,
মোমু লাইবক থীবিদি কেগে মোইরাং
পাখং তাংলৌ কনাগী
মেলৌ খুদোল চিনবা নৎচদেনে।
ইশাবী নওগী থালৈ লৌ,

লৌয়ান কৈয়োন শাবা
শেল্লোই পীরেন মথক্তা,
লৈরাং ঙাংনা শাৎলিবসিবু
ইশাবী-ও ! য়েংবীয়ুনে ।
মীৎতগী পীরাং শিন্থনা,
পারী শাৎপা ঙমদনা,
ইমোম ফুইবা ঙমদনা
মশাবীগী লীরিং খুজুনা চৈবিবদা
মোমু লাইবক থীবিদো
লৈরাং লৈরিক শামখরে ।
ইঙাং লক্তগী শিন্থরক
ঈখু লক্তগী খাইথরক
মোমু য়াইবী মাংখরে ।
মোইরাং থাব হুইথোবনা
শিঙেন শাৎপরা য়েংখিববু
শেল্লোই পীরেনগী মথক্তা
লৈরাং ঙাংনা শাৎপদো
থাব হুইথোবনা উরুবগী
খুৎতগী লীরুং থাথরে
লৈরাং লৈখোংদা পায়রগা,
শিঙেন লৈরাং নহাক্তি
লৈরাং লৈপান য়েংবদি
ইশানৌ ইনেম মচা
লৈয়েংখুবী অতোম্বীগী
খুবোম চংলৈ মানবা লৈ
লৈরাংগী লৈনা তাবদি

কাওরেল শন্নে মানবা লৈ
লৈরাং নওগী মচুদি
শিঙেন অঙাংবা লৈনিদো।
ঙসি কোরৌ অসিগী
শিঙেন নাওবা মখোইরেল
লৈরাং নংগী কোলোয়দি,
লৈয়েংহনবী মচেমগী
মুপা খম্বন লৈ,
নোমেন ফীখা থাবা লৈ।
নশানৌ ননেম মচা
লৈয়েংখুবী অতোম্বীগী
য়াইবী থৱায় মাংনলৈ।
লোইবী চীংগী হাও পাখংনা
লৈরাং পামনা থাবা লৈ
ঙাংনা ফবা লৈরাংনি॥
শিঙেন নাওবা মখোয়রেন
ইমা লোয়দামলৈ
লোইদাম নবা লৈজুংশি
হাওবা মীংথাং লোহুনা
লৈরাং হাওরৈ কৌবা লৈ।

———

## লৈরাকলৈ

অতিয়া শুক্ল শিদবনা থূপলমদাইদা,
কাইরৈ য়েরুম অনিবু
অমনা কোরৌথক্তা নোংদাইনখি
য়েরুম অমনা মালেম লৈমাইথক্তা লৈতাইনখিয়ে
কোরৌথক্তা নোংদাইনখিবা য়েরুমদো
য়বা কুমশিং ওনখ্রি
য়েরুম মাবু মাথ্রবরা য়েংববু,
য়াম্বী শুমজাও লোন্দুনা মাংগবয়া মাংঙমদে।
পামেন উকৈথক্তা ময়া খোমশিনলোন
তেনৌ য়েননিং চোংছুনা
লৈরাং ওইনা লাংওনলমলে।
লৈরাংগী মউ তাবদি
চমুরা থম্বাল মানবীগী
থুবোম চংলৈ মানবা লৈ
শিঙেন লৈখোক্লা পিক
লৈরাং লৈতোয়া পুংবা লৈনে।
শিঙেন নাওবা মখোইরেন
লৈরাংগী কোলোই মমিংথোন

কাইরৈ য়েনগী মক্লম্মা ওনলি হায়হুনা
য়েরুমগী মিংথাং লৌহুনা
য়েরুমলৈ হায়না মিংথোনখি।
মালেম লৈমাইথক্তা লৈতাইনখিবা
য়েরুম অহুদি মানবী শুমজাও
লোন্দুনা মাংগবরা হায়ববু মাংঙমদরে।
লৈমুয়োনদি মপালমক
লৈহাও লোন্দি তরেৎমক
মালেম লৈফাওগে থনজববু
কোয়ৌ মশেক্লদি য়ৈ
বাংবন মৈশানদি কনবনা
মালেম লৈরোনপুংদা তেকতা
লাইকোই মাইহিং কানা
লৈরাং বানা লেনজবী
পাঙল শোনবী লৈমুংশি।
কোলোই মিংলেম্মা অনৌবী
মালেম তমপা লৈবাকলৈ।



# নুমিৎলৈ

মোইরাং খুমু মাইরেনবম ময়ুমক্কম
পায়েননা কোনবা লমদম
মুরিক ঙাংগোই তরেংবী
লিককোল চাদি খাংচেৎপা
তরা মোইবুং খুজি শিবীগী
হুয়েন লাল্লুক্কমদা ওংবা লৈ।
পাম্বা মথং মনাউভা
মথং লাইরেন পাখঙবগী
তুবী য়ুকৌনবদা
লাইরেন খোংদোংনবদা য়াওবা লৈ।
লৈরাং মউ তাবদি
ফীশা উতোং মানবা লৈ।
লৈরাং লৈনা তাবদি
চামলৌ লারোই লাগুম্বী।
থরোনা খুমু তেমদবোং
লৈরাংনা পোমথরকপনা
বাইথৌ থমচেৎ হৈমাইগুম
লেমলৈ ঙারুম চঙনা পোম্বা লৈ।

লৈরাং লৈরিক লৈকা খুদিংদা
সনাগী য়াংলৈ তাউবনা
লেমলৈ ঙারুম চঙনা শিঙেন শাৎপা লৈ।
সনাগী থাংতুপ মখোঙদা
য়োইময়াই তাউদনবা আইতে পাইখোমমৈ।
চরোই শোইবুংশোন নোংশাবা
লোইবী নোংপোক চীংমাইদা
অঙাম্না থ্রিং থ্রিং চোংথোক্লকপদা
লৈরাংনা মমায় নোংপোক ওন্না শাৎপা লৈ।
য়োইময়াই অঙানবনা
কোয়ৌথক্তা বাংনা কাখৎলকপদা
নিংথৌ মাবু খিবগী মমোমলোই,
লৈমা খোংনাং নানৌবীনা
কেগাম হৈগা শোই
থুমলাং ময়োন শৎনা
মুমিৎ মাবু পুনেমজৈয়ে।
য়োইময়াই মালেম অঙানবনা
বাংলেন পুংথাই লেপ্লবু
ময়ুম তাইবঙ মালং পানবনা
মুমিৎপু য়ুংলে ঙাংনৈদো।
লৈরাং লৈখোক হাইগৎলে
য়োইময়াইগা মায়য়োক্লনা
শিংঙেন লুখোংননা শাৎপা লৈ।
য়োইময়াইনা নেম নেম কুমলকই
নোংচুপ চীংশাং তমলকপা
লৈরাংসু লৈখোক হাইথরে

নোংচুপ ওন্না শাৎপা লৈ।
নোংমগী কোয়ৌ অমদা
মায়য়োন অচুম্বথোক্কা শাৎপা লৈ।
ইমা লোইদাম লৈ
লোইদাম নবা মুমিংলৈ চায়না কোলোইখি॥

## চিংহাউ

অয়াং কৌবা লোকচিনকোন
হেনব লাল্লুখুম; লাংজেং চিংখুংজেক
পাথঙ হৈয়ু কাবা থেন্দা
শিংঙেম্না ফুগাইনা শাৎপা লৈ।
লৈরাং মউ তাবদি
কোয়ৌ ঙমথংনা বাংবন মনাউ তাইনবা লৈ।
লৈয়াংগী মনা তাবদি
কাওরেন শনগী খোংগুন মানবা লৈ।
লৈরাং মানা পোম্লগা
মোমুগী খুবী খুনাউ শানা পোম্বা লৈ।
লৈরাংনা ফুগাইনা শাৎলগা
অঙৌবা লুপা পথাপলৈ।
লৈরাং লৈয়োম্না ঙাংবা লৈ।
ইরোক লাইজ মমুংদা শাৎলগা
ইরোক লাইজ ঙানবা লৈ।
শিংঙেন নাওবা মথোইরেন
লৈরাংগী কোলোই মীংলেনদি
করি ওইবগী মমুংশিনো ?

লোইদাম মকুম ওইবগী
চিংহাউ লৈশং লৈরাং ঙৌনা শাৎলকলে ॥

## পাঙ্গোংনৈ

মোইরাং হাইমু চানবনা
কেগে লোক্তাক কুম,
লেমনৈ ঙাতেক ঙানৌ কাহুনা
ঙারী চবুনফা লোইবী তাংগোংলোন কারম্মী।
হাইমু চানবগী মমোম লৈরাং মতোমতা শাৎপী
চিংজিন থোমোন অঙনবা।
অঙনবদা মচেম শাৎত্রিবী
হৈয়াই পোম্বী লিকলু অথেংঙা
অথেংবদা মনাউ ফুইত্রিবী
লবাই পোম্বী হুইত্রিগুম
লাংলেন মতোমতা শাৎচবী
কোলোইনা মীংলেন কজবী
লৈমা নীংথি তরেংবীনা।
পনথৌ ইপা-ও!
পনথৌনা তাংগোংলোন কাবদা
নমোমগী হৈরাং নমওক পুখিরকউ।
ইপানা নমওক পুরককেকো
পাম্বা উরাথেন পামেন উয়োক কোন্দা

লৈরাং অনী শাৎলম্মী।
লৈরাং লৈপান ফুক্কুনা
শিংঙেন পোনচেপ ঙুংদা হাপ্তুনা
মোংবা মরানয়াই য়োৌরকলে।
মমোম লাংলেন ইবেম্মা
নানবা কীশা শং ইয়োং শংদিংছুন
পসোং থাংমাই লাক চরৈকী শারব্রবু।
পনথো লাকলে তাবদা
নমোমগী করি পুরকপা,
ইপাগী ইমোম! শিংঙেন লৈরাং অনীদং
ইচাগী নমওক ওইনা পুরকই।
লৈমা নীংথি তরেংবীনা
লৈরাংগী পোনচেপ হাইদোকলে
শিংঙেন অমা পাইথংলি
ইপা ইবুংঙো হান্না লৌথংপা লৈরাংসে
কোলোই করি কৌবগে?
ইপাগী ইমোম!
ইচানা লৈরাংগী লৈশক য়েংনা মীং থোক্ল,
শিংঙেন লৈরাং ওইবী নঙদি
লোইবী তাংগোংলেন্দগী পুরকপা লৈনি
লোইবী তাংগোংলোনগী মীংথাং লৌহনা
লৈরাং পাংগোংলৈ হায়না মীংথোল্লে॥

# কবোকলৈ

অনীশুবা লৈরাংনা
লৈরাং নঙদি ফমি ওইবগী মনিংথিনো
লৈরাং মউ তাবদি
পামেন উশক মানবা লৈ।
লৈরাং লৈনা তাবদি
তাংগা লাকোই মচানি
শিংঙেন মানা পোম্লগা
অঙৌবা কোন্দুম মানবা লৈ।
লৈরাং ফুগাইনা শাৎলগা
অঙৌবদি অপানবনি।
শিংঙেন নাওবা মখোইরেন
লৈরাংগী কোলোই মমিংথোন
অঙৌবা অপানবা মীংথাং লৌহুনা
লৈরাং কবোকলৈ হাম্বনা মীংথোনখি।
মোহুগী শাইনোনথাদা চীল্লগা
শাইগী মতেং পাংবা লৈ।
হা লৈরাং ! ঙৌনা ফজবী কবোকলৈ ॥

# কুথাপলে

মনিপুর সনা লৈবাক্তা
অবানা খুত্থম চনশ্রবদা
কছার লেংওন্দবী পাংতা ঈশিং থিমক্লবে
ঙহাক অবা পোত্থানৈ
ইচিন ইনাওদি করি লমদগীনো
ঐদি মনিপুর সনা লৈবাক্কীনি।
ইচিমাও নঙনা কনানো ?
ঐসু মনিপুর সনা লৈবাক্কী লানজেল্লকপনি।
য়ুম্নাক শাগৈনা করিনো ?
কোলোইনা করি খোনবগে ?
ঐগী কোলোই ইমিংনা,
গম্ভীর সিংহ কৌই,
ঐনা কার্তাগী শাগৈদা পোকপনি।
নঙনা কোলোয় করি কৌবগে ?
করি শাগৈনো ?
ঐগী কোলোয় মীংলেম্না
নোরো সনা কৌই,
ঐগী শাগৈনা নরসিংহ শাগৈনি।

মচিন মনাউ অনীসে
লেংওন্দবী শাৎতা চেৎনা কোমরে হায়রগা
খজাই লেংওন চুপনৈদো;
চহি মতাং হংবদি
গম্ভীর সিংহনা চহি মতাং হল্লম্মী।
শানৌ ইবুংঙো মুংশিবা
পোক্লকম মনিপুর সনা লৈবাকসে
অবানা খুহুম চনখিবা মুংঙাইতে।
কাছার লাম্মী পুহুনা
অবাগা অমুক্তং লানথেংনরুসি।
মতম অসিদা অবা বন্দি শংদগী
চেনথোরকপা মৈতৈ মচা অথৌবা
ভখেন মিৎলাউ, য়াম্বেম লাবা অনী অসিন্থ
অবা খুৎতগী চেল্লক্রুনা
গম্ভীর সিংহগী খোঙ্গুল লীরকপদা
মপু মনাই নখোর ময়াম উম্রে।
চেকলা খাম্বী মৈমুংচং
শাইবু মমাং খাঙনা
অবা লাম্থেংনববু অবা লাম্মী কান্নহুনা চেল্লে।
অবা মচা খরদি মৈতৈ লাম্মীনা কাহুনা পুরকই।
অবা লাম্থেংনরুবা মৈতৈনা লান ঙমহুনা
সনা কোমুং তম্না লেংলকপদা;
য়াংদৌ লমখাংদা
শিংঙেন লৈরাং অমা শাৎলম্মী।
শিংঙেন লৈরাং অসিদি
মনিপুর ইরৈবাক্তা থারুসি হায়হুনা

গম্ভীর সিংহ নিংথৌনা পুরকপবু।
নিংথৌগী মনা কোম্নুং চেকপলদা
লৈরাং মাবু থাববু
চহি কুমজা ওল্রিদৈ
শিংঙেন ফুগাইনা শাংলকই।
মৈতৈ লাম্মী অথৌবশা
অবা লাম্ন্থেংনবদা পুরকপা লৈনি
চেকপল রাংমা লাম্না শাংলকপা
করি ওইবগী মঙ্গুংশিনো ?
লমদম থাপনা পুরকই হায়ছনা
লৈরাংগী কোলোই মমিংথোন
শিংঙেন কুথাপ হায়না কোলোয়থিদো॥

— — —

## পেক্রুকান্নে

খোংনাং খাদা রাজ
মেন্দোং মেন্দাং খোল্লোন চীং
নোনেম হাওদি ময়াম্বা
তোনেম্বগী মখুৎ থা
শিলায় থোঊ হুংপাকথক্তা
মক্ক খোমশিল্লোন
তেম্মৌ য়েনিং চোংহুনা
লৈরাং ফুগাইনা শাৎপা লৈনি।
অরাংলম লাংশোক চাঙৌরি
খাবা উলেন মহীনা পঙ্খেংলকপদা
কাউরেন শনগী শনয়াংদা তাবদা
কাউরেন শনগী ময়াং কোমা খাঙবা উন।
লাইজ ঈমাইথক্তা তাবদা
লোক্তাকী লেমলৈ ঙরাম্মা
লেমলৈ পঙনা শিবা উন।
লৈরাংগী লৈমায়থক্তা পনথেংলকপবু
লৈরাং লৈরিক শামলগবরা হায়রবু
শিংঙেন লৈরিক শাম্মমদে।

পাথংগী তোলোক কিদোন কিজিন্দা
মুনা হেনবা মচুগুম
লৈরাং ঙাংনা কবা লৈনি।
শিংজেন নাওবা মখোইরেন
শিংজেন পেক্রুকলৈ হায়না কোলোয়দো॥

# উৰিৰৈ

লমলেন উৰিপোক খোংশায়ান
অচনবদা ওংবা লৈ।
থমলাংবগী মওমাং,
লাইথুৰেম্বীগী ময়ুমফম
লাইনিংথৌ পুথিবা মশাইকোন্দগী ওংখিবা লৈ।
পাথংনা হৈয়ায় লমগাৰম
মোম্নু কোলোয় পাউবুৰমদা শাংপা লৈ।
লৈৰাংশী মউ ভাবদি
ভাংজ লীলহাগী মওংনি
লৈৰাং লৈনা ভাবনা
ভাওবা হুইৰৈ মানবা লৈ।
শিংঙেন মানা পোম্বদি
মোহুগী লীকলাং মক্কনি।
শিংঙেন পোম্বোম শাংপদি
লেমলৈ ভাৰুম চঙশুম্বা লৈ।
লৈৰাংনা ফুগাইনা শাংপদি
পাথংগী কায়ত্রি মওংনি।
শিংঙেন ওইবী মহাক্তি

লমতা থাগী থাহ্নদা
শাবী শানৌ পুম্নমক
লৈরক্তা বেবুৎ তৈবদা
শিংঙেন মাস্থ য়াওজবা লৈ।
মোমুগী শাইনোম থাদা চিনববু
শাইগী মতেং পাংবা লৈ।
শিংঙেন কোলোয় মমিংথোন
ললিতা থাংবা উরিরৈ
শিংঙেন মাগা পাজগে ॥

## চোমলাংলৈ

থুমন মপুংয়াই নোংয়াই মরানয়াইদা
থুমন নিংথৌ অদোন পুনসিবগী
হাক্তক্তা লৈরাং পুরকপা লৈনি।
চথা মোইরেন ওস্বগী মশানৌ লৈরাং অতোপ্পা
নোংয়াই সিখোং লালহাবনা
সিখোং নিংঙেন মপুংয়াইদা
থাঙ্গা লৈকায় কোইবা চংপদা
শিংঙেন মাবু উবদা
পাখং পুক্নিং খোইরাং লৈ।
শিংঙেন মাবু কনানো ?
লমলেন পোইরৌ ফৌবোইরৌ
কেন্তাক নাম্বহন অংথা লম্মকোন
সিখোং লানহা পুং।
নিংঙেন তবং কোন
অন্দ্র য়ারবা মগুমাং
পনম নিংথৌ মশাইগোল্পা
লৈরাং লোইরোই শাংপা লৈ।
শিংঙেনগী মউ তাবদি

পামেন উশক মানবা লৈ।
লৈরাং লৈনা তাবনা
তাওবা লুইরৈ মানবা লৈ।
শিংঙেন ফুগাইনা শাংলগা
অঙোবা লুপা পথাপলৈ।
লৈরাং ওইবী নহাকসে
কন্নি ওইবগী মনিংথিনো
লৈরাং চার ফুক্তুনা
শিংঙেন পোনচেপম্নংদা হাপ্তুনা
নোংয়াই সিথোং লানহাবনা পুরকপা লৈনি।
থুমন মপুংয়াইদা লৈরাং মাবু লৈথারে,
মৈতৈ সনা লৈবাক্তা শিনবা থুংনা শাংথিদো।
হৈরেম খুজান পাংপান্দা
লৈরাং মাবু শাংথিদো।
রাংঙ্ লৈমা থোংজোমফাবী
তম্ফা লাইরেম্বীগী মশাইকোন
লমলম পাংকী পাংপান্দা
লৈরাং মাবু শাংথিদো।
শিংঙেন নাওরা মথোইরেন
লৈরাংগী কোলোই মমিংথোন
ইমা লোইদামলৈ
লোইদাম নবা চোমলাংলৈ॥

# ইয়োংলৈ

লমলেন চিকপি ৰায়াখোং
ৰাইখোং ' লমনুংশি তৰাউ চীংলোনক্লু
হাওবা তৰাউচা পাখং
তৰা চাঙন চা
হেৰা কোলোন থাংবু লেংদা থোং,
লৈনুং মহাৰাবনা য়াখোকফম
মহামনুং চীংগোন্দা
পামেন তক্লুং পাম্বীগী উশাদা
লৈৰাং ফুগাইনা শাংপা লৈ।
লোয়বী তৰাউচা পাখং
পামেন উখোং থি
শম্মি শিংজা য়ান
কোৰৌ নুমিৎ চুপ্পবু
ৰাংৰন মৈশা লাং
হুমাং লৈৰিক চনবা
লোইবী হাওবী তুয়িখোং
লাইজ ঈপাল লাংউসি
অৰা পোত্থা শাক্লসি

চীংজুম লাইজ থক্লুনা
অবা পোশ্থানরিভৈ।
তুয়ি খোংগী খোংবান্দা
পামেল ভরুং উশাদা
লৈরাং শাৎপত্থ উরবোই
পাথৌখোই য়েংসিদা
শিংঙেন অসি ফজৈদা,
লৈরাং মাবু হেকলুসি।
পামেল উশা থক্তা কাহ্নুনা
লৈরাং মাবু হেকচরে।
শিংঙেন লৈরাংও লৈনুংশি
লৈরাং নঙবু পুহ্নুনা
ইশানৌ ইনেমচা মরুপ্পী
তরাউ নিংথৌগী মযোমলোই
থবান জুংক্রেনখোম্বীদা
লৈরাং মেলৌ খুদোনবু ওইরুগে।
পাথৌখোয় ঙসিদি য়োইময়াই মালেম অসি
নান্দা লীগুম খোয়খোয়ইনরে
ইরানয়াইদা হলরাইরসি।
মরান মোংবা য়োরেদো
অমম্বা তুবী নারল চল্লে।
ইশানৌ ইনেমচা মরুপ্পী
মোমুগী মেলৌ খুদোন পীরুগে লাকপবু,
শানৌ মনেমচাদি খোমলেন তুমথুম তাল্লম্মী।
শিংঙেন লৈরাং অমম্বা
মেলৌ খুদোন পীগে লাকপবু

মুরাগী মানবা ফীশাশং
ইয়োং শংদিং মথক্তা
লৈরাং মাবু থনমলে।
ইমুং শোরা ওয়ে
শানৌ ইনেমচা মরুম্বী
খৌরান মুংদ্রেন খোম্বীনা
খোমলেন য়াহৌরকপদা
ইয়োং শংদিং মথক্তা
লৈরাং ফুগাইনা শাৎলম্মী।
লৈরাং মাবু উবদা
মোমুগী পুকনিং খোইরাংলৈ।
লৈরাং ওইবী ইতারোই
করি ওইবগী মুংশিজবনো।
তরাউ লোইবী চা-পাখং
মীনমবা লমলানবা কনাগী
শিংডেন লৈরাং ওইবগে।
মোমমুগী মেনৌ খুদোন ওইবরা ?
লৈবাংগী লৈশক উরগা
থবান মুংদ্রেনখোম্বীগী
মোমমুগী পুকনিং লুবলৈ।
লৈরাং লৈনা তাবদি
মুরাগী ফীশা তেমলাং মামবা লৈ।
লৈরাং ফুগাইনা শাৎলগ
অঙৌবা লুপা পথাপলৈ।
লৈরাংগী লৈয়োন লৈকাদা
সনা লৈত্রেং চেনবা লৈ।

শিংঙেন নাওবা মখোইরেন
লৈরাংগী কোলোই মমিংথোন
লোইদাম নবা লৈম্নুংশি ।
মোমম্নুগী ইয়োংথক্তা
থম্বীরম্মী হায়দুনা
ইয়োং শংদিং মীংথাং লৌদুনা
নাওবা ইয়োংলৈ হায়না কোলোইখি ॥

# চিগোংনৈ

হে তাইবংও মালং মুংশা পানৈদা
কোরৌ অৱাংবনা নেমলে
মালেম অনেম্বনা ৱাংলে
গুরুনা তাইবঙ শেম্বদা
খ্বাই মুংজেংবম পীবাচানা
শলাই তরেংকী পীবা ওইরে
থবী অনী পানৈদা
থবী অনী থোকনৈদা
অহিং মুংথিল অনীমক
ইঙান ঙান্দুনা লৈরে
খ্বাই মুংজেংবম পীবাচানা
ৱাইরা মথুংগুনা মুমিৎ মাবু কাপগনৈদো
ৱাইরা তেনজৈ তেনফমদগী তারকপা ঈনা
মালেম লৈমায়থক্তা তারগা
তাখিবা ঈচ্ছুনা হৌনা পোলোন ওইখিদো
পামেন উকৈথক্তা তারগা
শিঙেন লৈরাং ওইনা ওনখিদো
লৈরাং মাগী মচুদি

বাইরা তেনজনদগী তাখিবা ঈচুনা
লৈরাং মাগী কোলোইদি
মৈতৈ নিংথৌ ক্বিয়াম্বগী
মমোমলোই চকপা মথাও ওম্বীনা
অরা লৈবাক্তা লৈৌদা
সেনবী থোংগোং চীং
কবো তাংহৈচীং
তাংঙৈ মপুংয়াইদা
শিংঙেন শাংপা লৈনি
লৈরাং অসি চকপা মথাও ওম্বীনা
কবো ইবুং শুজা ওম্বা লৌশিংবা
মনিপুর ইরৈবাক্তা লৈরাং অনী পুবিরো
ইপা নিংথৌগী স্না থুক্তা
লৈরাং অসি থাও হায়না কংলুরো
পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌনা
মমোম্না পীরকপা লৈরাংনি
লমদম কৈদা থাসিগে
মরম লমলেন য়াইস্কুল
হিবুং য়াইবুং চেকয়াদা
লৈরাং মাবু লৈথারে
শিংঙেন চাওবা লেপফারে
লৈরাং শাংবা লেপতমলে
শিংঙেন মউ তাবদি
পামেন শাইবা লিকং মানবা লৈ
শিংঙেন লৈনা তাবদি
শরোং তোয়াংনবা লৈ

শিংঙেন মানা পোম্নগা
মোন্নুগী থুংনিংথৌ মচা মান্না পোম্বা লৈ
স্না ফুদোংবা মানবা লৈ
শিংঙেন নাওবা মথোইয়েন
লৈরাং কোলোই মমিংদি
কবো শিকোং মপুংয়াইদগী
পুরকপা লৈনি হায়হুনা
শিকোং মীংথাং লৌহুনা
লোইদাম নবা চিগোংলৈ
চিক্লা লৈনম চাওবীও ॥

# হোয়াংলৈ

লমলেন বাংজিং লোকলুখু
চাখা শললুংথেন
লাংগোন মোংদমলি চিবীলোকলাওপুং
ঙাইরোন থেনগী লোকমাংদা
শিংঙেন ফুগাইনা শাৎপা লৈ
লৈরাংগী লৈখোক্লা পীকপনা
শিংঙেন লৈতোন পুংবনা
মালং মমাঙ খাংঙমদা
থংগোন মমাঙ লেপঙমদা
নোপনা লেপনা খাঙবা লৈ
শিংঙেন কোলোই মমিংদি
ইমা শত্থলৈ শই নবা হোয়াংলৈ
ঙাংনা কবা লৈমুংশি ॥

# খোঞ্জেল রৈলৈ

তমদা পোরবা লৈরাংনা
লোইবী চীংদা শাৎখিবা
চীংমী তম্মী অনীনা
লৈরাং মাবু শেমখিবা
লোইবী চীংগী চীংমাইদা
লৈরাংনা মোমোন নোকখিবা
লৈরাং মাগী লৈনম্না
কবো কছার শানখিবা
মৈতৈ কম্বাল থক্তদি
হাইনা হুম্না পানখিবা
মালং শহুম ফংবদা
লৈরাং মোমোন নোকচবা
লোইবী চীংগী চীংমাইদা
পামেল ফৈরা মথক্তদি
লৈরাং মদোম শাৎচবা
কোরৌ নোংদোনথক্তা
অয়ুক্কী কোরৌ মশেক্তা
লৈরাং মোমোন নোকচবা

তময়া কোয়ি চেনবদা
শিঙেনগী মীপাই থিজবা
নিংথম উয়া লোইপ্রগা
কালেন মুংশা নংজবা
মালং ইপোম লাকপদা
হাইনা ছুয়া থাংজবা
মালেম লৈদা পোমদবা
পামেন থক্তা ভাওজবা
ঈরোমমুংদা শাৎতবা
উনারক্তা লোৎচবা
থঙ্গাল হাওগী হাওখুন্দা
লৈরাং তোমশাৎনথিবা
চীংগী মুয়া ওইবীনা
লৈরাং মাবু হেকনিংবা
নিংতোনগীদি নাপদা
শিংঙেন মাবু থেৎনিংবা
মমাম্বী মমাওদা লেমজগে নিংজবা
শিংঙেমা বাংনা শাৎপনা
নিংতোলগী নিংবা কাইজবা
লৈরাং মানা পোননিত্তৈ
পলেম ওইবীশিংহুনা
শমু নমদা পোনিংবা লৈ
থজাই লেংওন চুপ্তুনা
মথামুংদা কোননিংবা লৈ
পলেম মাগী পীবুকমুংদগী
মালেম লৈদা ভাবদা

খোমলাং মাইয়োক্লদ্রবা
অরাম খৌরাং খাংবদা
পলেম কৈরা থক্তুদা
লৈরাংনা মোমোন নোকত্রবা
পম্থৌ পাম্বোম মোলাংবু
শিংঙেন মানা খাংদ্রবা
শিংঙেন নাওরা মখোইরেন
লৈরাংগী কোলোইদি
খোঙ্গলমেলৈ কৌবিদো
লৈরাং ওইবা মহাকপু
লিক্লাই গরিবনিবাজ কৌবগা
অরাম খৌরাং রাবদা
পলেমগী কৈরা থকতুদা
লৈরাংনা মোমোন নোকত্রবা লৈ
পম্থৌ পাম্বোম মোলাংবু
শিংঙেন মানা খাংদ্রবা লৈ
মৈতৈ পারি অথোইবা
নিংথৌলক্লগী অথোইবা
গরিবানিবাজ য়াইকখবা ।।

## খুৎশংলে

মোইরাং হাইনু চানবনা
লেমলৈ ঙাতেক ঙানৌ ফা
ঙারী চবুন শাহুনা
লমলেন সিগোং লালহা পাং
নিংঙেন তবং কোন
লাইজ ইমিতম ইমু ময়োন শংঙৈদা,
নিংঙেন তবং কোন্দা শিংঙেন মাবু উবদা
পাথৌ হেনবা পকপা ললোনবা
লাইরেন থেংগু চনবা
অদোন লাইরিক য়েংবা নখোইনা,
পুরিবা লৈরাং অসে
ইয়ুম মোইরাং লৈবাক্তা
অসিগুম্বা লৈরাং শাংত্রি,
শিংঙেন লৈচা খাইরম্মু
নোইনু থুমঞ্জা মাইঙৌবীগা শিন্নসি।
শিংঙেন লমদম কদায়রাইদা শাংপী লৈরাংনো ?
লৈরাং কোলোই করি কৌবগে হায়রবদা
হেনবা পকপা ললোনবা

লাইরেন থেংগু চনবা খুম্মী।
পাথৌ হায়না চনবনা
শিংঙেন লৈরাং অসিদি
পোইরৈ অথাপ্পা লমদম অতাম্বদগী
পুরকপা লৈনি।
মুবা লোকলেনকোন মুংবী লোক্তা পানবা লৈ
লাংজেং লোক্তা শাৎপা লৈ
মুবা নিংথৌ মপারী
মরুম্বী লাইকোল খুবীগী
খোমলেন থরি মংজুমলৈ
মপারি নাওয়েং খুবা নাওশেল লৈ।
অমং তরা চাবাংলৈ
পেংসি মুবী খোংথিনলৈ
শেকচাই মুজা ইরোনলৈ
শিংঙেন কোলোই মম্নিংদি
শিংঙেন হেনবা লৈ।
লৈমাং লৈচা খাইরমলে
লৈরাং লৈচা শেৎলমলে
নোইমু থুমজা মাইঙৌবীগা শিন্নরে
মোইরাং হাইমু চানবনা
পোৎপু লেংথোংখক্তা হাপতুনা পুরকলে;
মমোম লাংলেন ইবেম্মদা
শিংঙেন মাবু নমোক্লবা লৈনে।
মমোম লাংলেন ইবেম্মনা
শিংঙেন লৈরাং অসিদি
করিদা মনিংথিনো।

শিংঙেন লৈরাং লৈয়োনম্নুংদা
স্নাগী লৈত্রেং কানা শাংপা লৈ।
কুহি কুম্বানথোং
কুমজেং কোরি কানা শাংপা লৈনি হায়র্হুনা
মোম্নুগী শমু মথুংনা
লৈরাং নোইহুনা শাম্নরুবদা
শমু মথুং মচাবু
নবা অশংবগুম চুরে
মোম্নুগী মথুং চুবা লৈ
নবা খুৎশং লৈ হায়না কৌই।

# কোনবিরৈ

শিংঙেন মাদি কনানো
তাইবংপুংগী লৈরাং নত্তে,
থমম্মুং পুংগী লৈরাংনি।
থমম্মুং থোংঙারেন অরীবগী
মশানৌ তালোই অতোপ্পী
কোলোই মীংলেম্মা ফজবী
থমম্মুং য়াইদিং কোলোইবী।
মবুংঙোদা হঙ্ঙৎচৈ,
লাইনিংথৌও তাইবং কুম্মৈ য়েংজগে,
মবুংঙোনা তাকপীখি।
তাইবং কুম্মৈ য়েংবা য়াদে
তাইবং মী হায়বা অসে লমচৎ নাইদবনি
অশোন অনা অমদি
ওইদবনা থনবা তাইবংপুংনি
মহুদা নহাক্না লৈরুবা তাৱবদি
তাইবং ময়াদা চাওরুগনি।
চুমদবা লমচৎনা লমচিংহুনা
কোম্মু নবুক ওল্লক্নুনা

মাংনবগী মচাক ওইরকনি
মবুংঙোগী পাওতাক তারববু
মুরা য়াইদিং কোন্নুনা
তাইবং কুম্মৈ অহুম্মক য়েংনিংলি
মবুংঙোদা তাইবং কুম্মৈ
য়েংজরুগে হায়না কন্না তকশিনখি
কোন্নুনা য়ামল্লকত্রবদা
থোঙারেম্বনা হায়রকই
"ফরে য়েংলুরো
মসিমদি নহাক খংলগা চৎলো
খমন্নুং লৈকোন্দা শাৎলিবা লৈরাং অসি উবরা ?
মচু ঙৌনা শাৎলিবা লৈরাং অসিনা
মচু মুনা শাৎলক্লবদি
তাইবং পুংদা কোন্নু নবুক হোংলে
তাইবং লিচৎ নত্তবদা তাওরে হায়না খংনসি
অহুম ভৌনা য়াশরুখি।
মবুংঙো থোংঙারেম্বদা
মুরা য়াইদিং কোন্নুনা কোলোইনজখি।
তাইবং কুম্মৈবু য়েংজনিংবনি
তাইবং লীচৎ চৎচরোই
অকাও পরৈ লাক্তনবা
শিংঙেন লৈরাং চারসে
খমন্নুংদগী পুরগা
তাইবং মালেমদা থারুসি
অশোয়বা কয়াদগী ঙাকথোক্লবা
মুরা লাইবক চাওবীনা

মুংতি মুংবুং খুদিংগী
লৈরাং মাবু য়েংজগনি
অম্ম তৌনা লৈরাং অসিবু
তাইবং মালেমদা খোংদারকখি
কেগেগী লমদি লমমুংশি
মোইরাংগী লমদি ইরায়কোন
লোক্তাক পাংকী ইথক ইপোম
কিজৈ হায়বগী মতাগুম
কোম্না চৌক্লা কোনশিনবা
গুরু তরেৎনা য়াম্বৌ শজি শঙাইগী মওং লৌরগা
তাশিন্নতুনা থুপাখিবা মকম
মোইরাং তাশিগোম্না কোনবা লম
ময়ম থুমখোংনচিংবা লম
কাওরেন শিদবী লাংমৈবীগী য়াবা কাংয়েকম
হানৌবা লেং লেং চৎ
পুলৈনা শাবুক য়ৈবা লমসিদা
খমমুং য়াইদিংনা লৈরাং থারম্মী
শীংনাং কাংবী তাংদা
অচুম্বনা নেম্বী ফৈরোইখাতুনা
লৈরাং লুনা থমজবা লৈনি
শিংঙেন মাবু থারম্লগা
মোইরাং লৈকায় লাকপা মরাংয়াইদা
তাইবং লাংওন ওইখিদো
থাংজিং লাইগী কুম্মৈ ওইহনগে হায়না
মোইরাং লমজা শামবা লমগানবগা
মুংশি মুংওন খোংদাখরে

থমমুং য়াইদিংনা থারম্বা লৈরাং অতু
শিংঙেন চাউবা লেপফারে
লৈরাং শাংবা লেপতমলে
লৈরাংগী মউ তাবদি থোইনৌ লেংমাম্নবীশিংগী
খুবোম চংলে মানবা লৈ ।
লৈরাংগী লৈনা তাবনা
পালেম মানবী ইমাখোইগী
ফিশা তেমলাং মানবা লৈ ।
লৈরাং মানা পোমলগা
মোমুগী খুবী খুনাউ শানা পোম্বা লৈ ।
লৈরাংনা ফুগাইনা শাংলগা
কুমথি কুমবানথোং কুমজেং কোরি কানা শাংপালৈ
কুমগী নোংহৌ মচুনি ।
শাবী শানৌ কয়াগী
মুংশি মুংওন তেংথালৈ
মুজা পুকনিং হুবা লৈ
থমমুং থোঙারেনবু কোন তৌতুনা থমলম্মী হায়বগী
লৈরাং কোলোই মমিংথোন
ইমা লোইদাম লৈ লোইদাম নোরা কোনবিরৈ
তাকয়েন পাংকী কোনদোনলৈ
মৈতৈ স্না লৈবাক্তা শিন থুংনা শাংপা লৈ
লৈরাং কোনবিরৈ ।

## লেশিং

হয়াহে লিক্লাই ইবুধৌ নিংথৌরেন কুম্বাবাও
নদাইরেম তয়ুম চীংগোই ইবাক মনা
পোইরৈ লোইদাম ওইবনীবু হয়া লাউনা লৈথিজগে
পোইরৈ লোইদাম মন্নুং ওইরকলে
লোইদাম কুম্বী য়েংওইননা
কোরৌ থম্মোয় খোংনা বাংবন নোংলাউ খোংলকলে
লাইজ্ঞ ইনোং কারকলে কাওবী সুমখোঙ তাউরকলে
তুরেল লাইথোং কারকলে, ককচেং খোয়া তৌদোন খোম
ভাংজা লিলনা ফেংমতাও। লাইজ্ঞ ঈরেল পুংতুদা
লোইদাম মকুমবু সারকলে। নদাইরেম ইবাক মনা
শিঙেন মশিংশুনা লৈরাং মপুম য়েংনা
হৈরাং মশিং পোংবু তেংথাজরককে
শিঙেল লৈরাং লৈপুন্সি মোংবা সুমিৎ লোনদবা লৈ।
য়াবা শুম তাও ইনদবা লৈ, শিঙেনগী মচু মাংদবা লৈ।
লৈরাং মবাক শামদবা লৈ মালেম চিথেক মরিদা
নমু মীপুম হাংদনা লৈরাং মাবু চিনবা লৈ
হৈকোই মশিং পোকনা ময়েক নামবা লৈ
মরিংগী থুনবী লোকতুদা শিংঙেন মাবু ওংবা লৈ

লৈরাং লৈথোক য়েংলগা চয়াঙ চকেন মানবা লৈ
মানাতাবু য়েংলগা শরোং চেময়াং মানবা লৈ
শিংঙেন নাওরা মথোয়রেল লৈরাংগী মমিংথোন
লৈরাং লশিং লৈনুংশি

# উচান

মৈতৈ নিংথৌ থাংমাই মোয়াংঙম্বনা
লমলেন অনান লানশোকপৈদা
চেক্লা খাম্বী মৈমাংচং
শাইবুং মৈমাং খাংনা পনথেংঙৈ
লাল্লু চোমাই লৌঙৈদা
লমলেন চকপী ঈবাইকোন
তেম্নু সনসাঙৈদা
লমলেন লাইদা কোন অচনবা
হেনবা বাদোনচৌংদগী
শিংঙেন পুরকপা লৈনি।
লৈরাং অসি উবদা
মৈতৈ নিংথৌ থংমাই মোংয়াংঙম্বনা হায়রকই
মৈতৈ ইদাইরেম অথৌবশা
শিংঙেন লৈরাং অসি
মৈতৈ কংলৈবাক্তা উদ্রিবা লৈনি
লৈরাং চার ফুকউ
সনা দোলাই কোনজিনথক্তা পুরকপা লৈনি।
অরাং কৌবা লোকচিনকোন

হেনবা লাললুথুম লাংজেং চীংজুংকোক
পাথং হৈয়ু কাবা থেনদা
তোকমু লৈকন তৌ
মালেম লৈখিন্ তোই
লাইজ খিকলেন চাইনা
কাওবী শীংনাং তাংদা চুম্বনা
লেম্বী কৈরোই থাদুনা
নিংথৌনা চান্না নাওয়োক লৈনে।
শিংঙেন চাওবা লেপফারে
লৈরাং লাংবা লেপতমলে
শিংঙেন মউ তাবদি
তলা উপাল থোং
পামেন লোইরোই কাবা লৈনি।
লৈরাং মউ মচুদি
নোংদা লাইরেন পাথংবগী
মচু মওং মাল্লি
শিংঙেন লৈনা তাবদি
মোমুগী নাপগী শাইনোন মানবা লৈ
লাংগোই শগোল শমমৈস্থ মানবা লৈ
শিংঙেন নাওবা মখোইরেন
লৈরাং কোলোই মমিংথোন
পোইরৈ রাকমা তানবনা
থংমাই মোংয়াং ঙম্বা নিংথৌনা
লুনা চাননা থম্মী হায়বগী
অচানবা মীংথাং লোত্নুনা
নবা উচান হায়না কোলোইনৈ।

থংমাই মোংয়াংঙম্বগী তালোইঙম্বীনা
খ্বাংগী চরৈ ফী শাবদা
লেংমান্নবীশিংগা ফীশিংনৈ
হয়েং ইমুং ঙাল্লগা
চরৈ ফী পুথোক্লবা নংদবা তারে
ঙসি ইমুং মুমিদাং থেংথ্রে
ইনিংথৌনা অনান লান্দাবদা পুরকপা লৈ।
অরাং কৌবা লোকচিনকোন
চীংগোন কোনামৈ
হেনবা লাললুখুম
লাংজেং চীংমুংকোক
পাথং হৈয়ু কাবা থেন্দা
লৈরাং লৈথাখিবদো
শিংঙেন চাওবা লেপফারে
লৈরাং শাংবা লেপতমলে
শিংজং উরাইথা পামেন কাইদোইচন
লৈরাং পাম্বী মচেৎ অমত্তং
থাম্বী মৈরা চম্বীয়ু হায়রবদা
থংমাই মোংয়াংঙম্বনা
শিংঙেন পাম্বী মচেৎ থরা লৌত্থনা
নোংচুপ লাললু ঙম্বীগী
নানবা ফীশাশংদা
উচান থাম্বী মৈরা চমথংলে
থাম্বী মঙান্না নোংচুপ লাললু ঙম্বীগী
চরৈ ফীশাববু ফীদোন লোম্না ওমখিয়ে
হৌজিক ফাওবা

মৈতৈ ইমা ইন্দোনশিংনা
উচান থাম্বী মৈরা হায়না কাওনদ্রি

# উ থম্বাল

ইবুধৌ থাংজিং চীংগোইরোম্দা য়াওবা লৈরাংনি
ইবুধৌ থাংজিংনা পুথোরকপা
শাইরেং চীংগী চীংখৈদা
সনাগী ফম্বালাং মথাদা
শিংঙেন চার অহুম থমলে
কুমগী মতম ওইরকপনা
অবাং কৌবা কৌমু নোংছৌরে
হাওকপ চীংশাং নোং
খেনদে খেদা চাইবেন নোং
শুগমু বাংব্রেন নোং
কৌবা তোরৈ তুশাংনোং
মাইকৈ মরি চীথেক মরিমগী
নোংলেন কেন্দা তারকপদা
শিংঙেন য়েননিং হুল্লকলে
মদাইরেমশিংগী খোমলেন মঙদা হায়রকই
থাংজিং ঐনা পামজবা লৈনি
শিংঙেন নীংথিনা শেম্মো।
কেগে তাবু থিবগা

মোইরাং বাংঙম হনবগা
লুবাং লোইনাই নহা য়াওশু তানবগা
মখোয় অহুম্না উরে
মসিদি শিংজেন লৈশকস্থ খংদে
লৈরাং লৈচুস্থ উদ্দে
মোইরাং তুরেললু মরিন্দা
ঈহৌরকপদা য়াওরকপা পোৎনি
মপু মোইরাং নিংথৌ
ফাং ফাং পোংলেনহনবদা ফৎলে
ইপুখোই হৈরাংনি খংদে
লৈরাংনি খঙদে
অঙৌবা অসিনা লুপা কোনফুদা থন্মু
অঙাংবনা স্না কোনফুদা থন্মু
মতম খর লৈরগা
লৈরাং অঙৌবা অহুনা
মোইরাং লাহেনলিদা থাগ্রে
অঙাংবা অহুনা মন্থং মুংজেংপাৎ
মোইরাং লাইখুপাৎতা থাখরে।
কাওবী শিংনাং তাং চুমবনা
নেম্বী ফৈরোই খাহুনা থমগ্রে
লৈরাং অমনা থাংজিং চীংগী
কোরেক তরেৎনা ঈতাফম
নানথা ইনা ইতিন লোকলুখুম
লোইবী হেনবা চীংদোন্দা
তোকমু লৈকন তৌ
মালেম লৈথিং তৌ

লাইজ খিকলেন চাইহুনা থাখি।
চীংদা হৌবা লৈনা
পামেন উতোনথক্তা
লৈরাং ওইনা লাংওনলে
শিংঙেন লৈরাং অসিদি
করি ওইবগী মনিংথিনো
ইবুধৌ থাংজিং কোইরেন লাইদা
পামেন লমডামবা লৈনি।
শিংঙেন কোলোই মমিংথোন
ইমা লোইদাম লৈ
লোইদাম নবা লৈচুংশি
চীংদা শাংপী "উ থম্বাল"।

## থম্বাল

তমদা শাৎপা লৈৰাং অনীদো
লোইদাম মকুম ওইৰকপগী
ইঙা কুমদমলক
ইঙেন কুমথাইৰকপনা
হঙোই কোন্দে মুয়াবীনা
লৈৰাই শৈশকলকলে
লৈকু তেংথাৰকলে
মপু মোইৰাং নিংথৌ স্নায়াথংনা
ইদাইবেম অচানবশা
নহাল লোইদাম মমাঙথাদা
কেগে লোক্তাক খোংবান্দা থাখিবা
হৈৰাংলা লৈমাংলা য়েল্লুৰো চংলু
ইপুখোই অঙোবা লুপা কোন্দা হাপতুনা থম্বা
মোইৰাং লাহেনলিদা থাখিবা অহুস্থ য়েল্লুৰো
মনাইশিংনা মোইৰাং লাহেনলিদা
থাখিবা অহুস্থ য়েংল্লুবদি
লাইজ ইমাইথক্তা অঙোবা লুপাগী মচুগুম
লৈৰাং ফুগাইনা শাৎলমই

মোইরাং লোকতাক খোংবান্দা
থাখিবা অহুনা লাইজ ইমাইথক্তা য়েংবদি
মহু মুংজেংপাং মোইরাং লাইখু পাংতবু
লাইজ ইমাইথক্তুদা শিংঙেন মকান্নদি
ইশং শং লৈরাং লৈচুনদি ইঙাং ভাং
শিংঙেন ফুগাইনা শাংপা অসিদি
লৈরাং লৈখোক্নদি পীক
শিংঙেন লৈতোম্নদি ইপুং পুং
মালংনা ওইদ্রে হুম
খংগোম্না য়েংদ্রে হুম
মালং মমাং খাংঙমদা
খংগোন মমাঙ লেপঙমদা
লেপনা লেপনা খাংবা লৈ
শিংঙেন নাওবা মখোইরেন
লৈরাং কোলোই মমিংথোন
ভাংনা শাংপা লৈরাংনা
সনা কোনফু মমুংদা থমই
অভোবা শাংপা লৈরাংনা
লুপা কোনপু মমুংদা থমই হায়হুনা
কোনগী মমিং লৌহুনা
কোনবা থম্বাল হায়না কোলোইখি
মপু মোইরাং নিংথৌ কাংপোংলেনহবনা
শিংঙেন লৈরাং অসিদি
ইবুধৌ থাংজিং লাইদা হায়না কংলুখো
ইবুধৌ থাংজিং লাইগী
লৈমন অহু ঐনা কংজগে।

# য়াইপন

লৈরাং মানবা লাইনিংথৌ
শিংঙেন মাদি কনানো
লমতা থাগী থামৈদা
শজিবু থাগী থাজিন্দা
লৈরাংগী লৈকা কননা শাৎপা লৈ
তাংখুল শারম পাখংবনা
ভরা চয়োম য়ুখোম থক
লোইবী চিংমাই কাহুনা
তরা উখোং খাদা লেপতুনা
পামেন মাবু য়েংববু
তরানা ঙান পামেলনদি তামনা
শিংজং খুৎতা পাই
পামেন উরাই থাববু
তরা কাইদোই চন
পামেন উনিংথৌগী থাংমৈনা
শিংঙেন লৈরাং ওইনা লাংঙনখিবা লৈ
শিংঙেন মাদি কনানো
লমজাও লম্মৈ থাংবা! লৈ

য়াবা কুমশিং ওল্লক্নে
অনৌবা হানৌ ঙাইজবা লৈ
হানৌনা লেং লেং কারক্নে
পুলৈনা শামা কায়ক্নে
লোকলৈনা শাদি শায়কপা
লোকলৈ পুল্লৈ মরক্তা
লৈরাংনা নেম নেম শাৎপা লৈ
লুপ্পা শিংদা চললবী
মোমু মুজা ওইরবী
হাওশম তুংয়ানবীশিংনা
কুমজা মাগী অহানবগী
ইরম লাইদা কৎনবা
শংলো মথেন লাংবদা
লৈরাং হয়াওনা হেকচবা লৈ
মৈদিংগোন সনা কৈথেন্দা য়োনবরু
পোইরৈ মুজাশিংনা
শিংঙেন হরাওনা লৌজবা লৈ
লৈরাং মাগী কোলোইদি
মৈদিংঙোন খাগেস্কা
মুয়াং ঙম্বনা নোঙ্গাপ্রবা তুংদা
নিংথৌগী শামু য়াইসনা
মৈতৈ নিংথৌ থিরকপরু
লাইরেন থাংমাই তাময়াদা
লৈরাং ফুগাইনা শাৎলম্মী
শামুগী লাইবক অচাওবা
লৈচেং ঙাংনা তৈবদা

শামু য়াইশাগী য়াতোম্না
লৈরাংগী ময়া ফুকতুনা
মৈতৈগী নিংথৌ খিরকপবু
লাংশোয়বগী পাৎপনদা
হাওগী ফীজেৎ থোললিদো
নিংগ্রি ফীজেৎ শেৎলিদো
নাকনদা পাই য়ান্দুনা
বাশাগী শাজৈ খুৎতা পাই
লেমলৈ নাওশেক তাল্লম্মী
শামু য়াইশানা উরেদো
ঐনা খিরকপা নিংথৌদি
ইবুধৌ পাখংবনা পীখিরে
নিংথৌবু শামু শয়াংথক্তা চীংখৎলে
লৈরাংনা শামু য়াইশাগী য়াত্তোন লেংহনা
মৈতৈ কংলৈবাক তম্না কাররে
মৈতৈ লৈবাক্কী পানা মরিগী
মীয়াম তিন্দুনা
মোংয়াং ওম্বগী য়াইশানা
মৈতৈ নিংথৌ পুররে
মীয়াম্না চংহনা য়েংওকই
খরা অমনা য়ানিংই
খরা অমনা য়ানিংদে
লাংগোই য়াইশানা পুরকপা
অসিদি
হাও অমগা লৈরাং অমপা পুরকই
লৈরাং অসিনা করি লৈনো

হাও অসিনা কদাইদগীনো
লৈবাকী চিংনবা পুকচেনদো
খোইয়ুম য়েক্লবনা খঙহনা হায়রকই
লৈবাক মীয়াম তাবিয়ু
ঐনা পাইরকপা থাশা অসিনা
হৌজিক থাবগা ময়োন চোংহনা
থানা শংনা পাল্লবদি
নিংথৌ ওইবা মতিক চারবরা
য়েক্লবগী থা তাবদা
ময়াম্না য়াম্হনা মালেম লৈথিন ভোংহনা
থাশাগী শাজে থাববু
কোংয়াং থানৌ চোংঙে
থানানা শংনা পাল্লে
লাইগী খুদম উবদা
নিংথৌ ওইবদা মতিক চারে
লেমলৈ নাওশেক থিবদা
পাই নাকন্দা য়াল্লম্মী হায়বগী
পাইগী মিংথাং লৌহনা
মৈতৈ নিংথৌ পাইখোম্বা
হায়না কোলোয়নথিম্লে।
পুরকপা লৈরাং অসিদি
শিংঙেন নাওবা মখোইরেন
লৈরাংগী কোলোই মমিংদি
ইমা লোইদাম লৈ
লোইদাম নবা লৈজুংশি
শামু য়াইশাগী মিংলেন লৌহনা

লৈরাং য়াইপন হায়না কোলোইথি।
মৈতৈ পাম্রি অথোবা
নিংথৌলক্কুগী অথোইবা
লিকলাই গরিবনিৱাজ
লাইনিংথৌ লৈরাং য়াইপন মানবা
শকহেনবা শিংঙেন মাগা পাজগে।

## থরো থাম্বিকথা

ইশোক নোংয়া থেং, থুমন কাংদা থোং
নোংয়াই পাশাপুং, চীংবু উভোংপোক
লৈরুকোং লমাহল, কোকচাই ইশমচাই
লমলেন লৈতাং শোয়দা শাৎপা লৈ
লৈরাং মউ ভাবদি পাখং ষনহৌইচৈ মাল্লি
লৈরাংগী মনা ভাবদি কাওরেল ষনগী খোংগুল মানবা লৈ
লৈরাং মানা পোম্লগা মকিগী লংতুম মানবা লৈ
লৈরাং ফুগাইনা শাৎলগা লুপাগী চোমাই মানবা লৈ
লৈরাংগী লৈয়োন মুংদা স্নানা য়াংবা তাওবা চেনবা লৈ
কোয়ৌ মুংথিল মুমিৎ চুপ্পদি কোয়ৌ মশেক য়ৈ
বাংবন মৈশা লাংবনা লাইজ ঈরোলমুংদা
লৈরাং বানা খাংজবা লৈ, ইমুং মুমিৎ তারে
অমমবা তুবি নরল চন, ইমুং মুংদাং অথেংবদা
থাজ মাগী মঙালনা মালেম শিনবা থুংঙকলে
ইপলগী কোংয়াং বাখোংখাং থাবলগী মঙালনা য়ৈরকপদা
ইরোলমুংদা বাজরবী লৈরাংদো, থাজ মাবু ঙাইজবদা
ঐগী লোয়নবা লাকইদো হরাওজবগা লোয়ননা
থাজ মাবু চিংনা য়েং লৈরাং মোমোন নোকতুনা

লাইজ ইমাই থক্তুদা হন্নাওজবগা লোয়ননা
লৈরাং ফুগাইনা শাংলেদো, শিংঙেন নাওবা মখোয়রেল
লৈরাংগী কোলোই মমিংদি লৈরাং থরো থারিকথা
হায়না কোলোয়নরেদো।

## তেরা লৈ

অবাং পোইরৈ মৈতৈনা
লৈরাইবু মোংবী হায়না কৌই
ময়ুম নোংয়াই থুমম্না
তোর্ব্বানবু চাংদোন হায়না কৌই
তোর্ব্বান চাংদোন অবাংবা
লৈরাই মোংবী থক্তা হৌবা লৈ
য়োইমোংবা তুদৌরম
তাউথিংমাং তুদেংলম
লৈরাই চাংদোন অবাংবদা
শিংঙেন তাংনা শাৎপা লৈ
ফাইবেন লমতাদা শাৎপা লৈ
ইয়ু 'তেরা' লুথাং লৈগুম্বী

# শ্রীনামৈরাকপম ওংবী ইবেনী দেবী

(শম্লপ্পা পুন্সি ৱারী)

নামৈরাকপম ওংবী ইবেনী দেবী খৃষ্টাব্দ ১৯২৭ তা ৱাংথৈ লৈকায়দা পোকই। অপোকপগী মিংনা খুমন্থেম চাউবা, অপোকপীগী মিংনা কৈন্যা দেবী কৌই।

য়াম্না অঙাং ওইনা চহী ৯ শুরকপদা পন্থৌ কায়নখি। ইমাগা লোয়ননা ইমাগী ইপামদা, কাকৈথেল সোইবম লৈকায়দা চাওরকখি। পন্থৌ লৈরিঙৈদা পন্থৌনা ঈশৈ শকপা খুদিংদা হেক হেক পুবি। জগোয় শাবা, ঈশৈ শকপগী তাম্বা য়াওনা অঙাং ওইরিঙৈ-দগী য়াম্না চঙখোনবা ঈথিল লোয়মরকখি। অদুবু পন্থৌনা ঈশৈ তম্বা, লাইরিক তম্বা কয়া য়ানীংলমদে। অদুগা পন্থৌদি ধোবী লৈনৌগী হেক মথংদা মনিপুরগী খ্বাইদগী মমিং চৎলবা খোংজোম পর্ব্বগী অশৈবা অমনি। ইবেনী দেবীনা লৈখিদ্রবা ইপাগী লীকলম ইল্লগনি হায়বা কনানম্থু থাজরুবা লৈনরমদে।

শোক ১৯৩৮-৩৯ দা মরুপ মপাংশিং, ওঝাশিংনা য়াদবদগী চুম্নগী লৈকায়গী হোলি শকপনচিংবদগী হেন্দোক্লুনা যোগীবেশ হায়বা লীলা অমদা রাধা শাদুনা য়াওরকখি। মান ভজনগী মতুংদা যোগীবেশ হায়বসি য়াম্না মমিং চৎপা ঈশৈ লীলানি। শ্রীকৃষ্ণনা বৃন্দাগী মতেং লৌদুনা রাধাগী মনাক্তা যোগীগী ফিজেৎ শেত্তুনা চঙলকপগী মতাং অদু শাম্নবা ওপেরানি। মীমাং থোকপা হৈরকখি, অমসুং ঈশৈ জগোইগী শকলোন লোয়নৈ হায়বা খঙলকখি। লোয়ন-লোয়ননা নৌনা লিংখৎপা মোইরাং পর্ব্ব লীলা অমদা মনিপুরগী শুমাং লীলাদা ইহান হানবা নুপীনা থোইবী ওইনা কুমদুনা লীলা কোয়না চৎলকখি। থা মঙা

## শ্রীনামৈরাকপম ওংবী ইবেনীগী পুন্সি ৱারী

মীপুন খুদিংমক্তা অনৌবা ঈহৌল অমা পীৱা ঙমলগস্তু, মুপীনা শুমাং লীলাদা থোকপা অসি অয়াম্বনা য়ামনা য়ানীংলমদে। মরুওইনা পাথংশিংনা কুম্মৈ ফিয়োংদা, লম্বী শোরোক্তা থেংনবদা য়াম্না লক্লখি, ইকায়বা পীখি। ইতং তত্তনা করেম্নবিবদগী থোইবী শাবা অসি তোকনিংখি। অতুবু লীলা থুগায়বা য়ারোই, আইনগী মতেং লৌতুনা নমতুনা লীলা কুম্বা তাবনি অসিনচিংবা লীলা কাঙলুপকী শাফু অসি তকশিল্লকপদগী নোংমদি অকনবা অনীংবা অমগা লোয়ননা থংনতুনা থোইবী শাবা অসি তোকখি।

মরক অসিদা কোম্মুংগী সনা পালাদা মহারাজ বোধচন্দ্রগী অনীশুবা তালোই ওইগদৌরিবী পাপান সঙ্গাইগা মরুপ ওইতুনা খুবাক ঈশৈ বাশোক য়াওরকখি। ১৯৪১ দা মনিপুরগী খ্বাইদগী মশক ফজবী তরুক থঙ্গংপদা য়াওতুনা মহারাজনা শোগৎপা দুর্গা পুজাদা ৱাংখৈ থাঙ্গপাংতা মুংদাং মীয়ামনা তিল্লবা, পেট্রোমেক্সনা পুংলং লংনা ঙান্দুনা ঈশিংদা হী মথক্তা বাশোক ঈশৈনচিংবা অসি শকখি, মহারাজগী লোয়নবা মনাইশিংনা সনা, লুপা, শেন খুজোক খুজোক হৈতুনা থাবনচিংবা পুন্সি অসি থেংনরকখি। লোয়ন-লোয়ননা ইনথংলকলিবী, মথোং কায়কলিবী, মপা লৈজ-দ্রবী মমানা য়োকচবী অশৈবী অসিদা ময়ামনা মিংয়েং চঙ-শিনবগী মুঙাইতবা অমদি ঈমুং মন্নুংগী লায়রা নংজবগী চৈনা অসি থাঙবা হোংনবদগী পুকনীংদা অহোংবা কয়া অমা লাকখি। অতুগা মুপীনা থোইবী শাই হায়বগী মীয়ামনা করেম্নবা, লকনবা অসিবু কাউনিংবদগী করি তৌগদগে কন্না থনখি। নোংমদি পাপান শঙ্গাইগা শুম চাক চামিন্নবদা ফাগী তৌতুনা পাজিনা শকলম্বা খোংজোম পর্ব্বগী স্থরদা ঙংলুবদগী পাপান শঙ্গাইনা মহারাজ বোধচন্দ্রগা চাক চামিনবা মুমিং অমদা খোংজোম পর্ব্ব শকহল্লু হায়না নিংথৌদা ঈনশিনখি। য়াম্না ইকাই-মুংশি য়ামনা মহা-

## শ্রীনামৈরাকপম ওংবী ইবেনীগী পুন্সি ৱারী

ৱাজগী মমাংদা খোংজোম পর্ব্ব থোনবা তাখি। খুদক অতুদা নিংথৌনা লৈখিদ্রবা ওঝা চাউববু নিংশিংখি, খোংজোম পর্ব্বদা য়াম্না মমিং চৎখিবা ওঝানি, পাবুং স্নাখ্বানা য়াম্না চানবনি ওঝাতু, অশৈবীসু খোংজোম পর্ব্ব শকউ হায়না তাকপিখি। মুমিৎ অতুদগী ফাগী ওইনা থাংজিল্লবা খোংথাংনা অপাম্বা অমা কন্না ফাওরকখি। লৈখিদ্রবা ইপাগী ঈশৈ পরেংশিং অমুক থিবা লাকনরকখি লোয়ননা অনৌবা কলাগী পুন্সিরোল অসিদা খোংদারকখি। 'ৱামায়ণ' দা ইমা অসিগী অহানবা মীয়ামদা কৎচবা খোংজোম পবর্ব শৈশকনি।

অতুদগীদি লেপ্পা লৈতনা খোংজোম পব্ব'দা চঙশিলকলে, ইমানসু ইপাগী ঈশৈ অমুক হন্না মীয়ামদা থৌগনজবদা অয়াবা পীরে। পাজিনা য়ামনা লুনা তৌরম্বা, পাজিগী মথংদা লৈবাকনা য়ামনা শকখঙননা খোংজোম পব্ব'গী অচৌবা দান তৌবিরম্বা থুরাইগী ওঝা তোম্বী, অমদি মোইরাংগী লাইশ্রম তোনা অসিনচিংবা ওঝাশিংগী মতেং অমুক নৌহৌননা লৌজখি। ওঝাশিংনসু লৈখিদ্রবা ওঝাগী ইচানি, ঐখোয়গী ইচম্নি হায়তুনা অঙম্বা মতেং পীখি। লোয়ননা লৈখিদ্রবা খুমম্মেম চাউবগী শৈশক, শৈহেক শৈরোল ইনৌ নৌনা মীয়ামদা নিংশংতনবা ঙমখি। ইপাগা চপ মানৈ হায়না মীয়াম্না শোন্নখি। অনীশুবা লাঙ্গাও মমাংদা ঈশৈ কন্না চৎলকখি, নোংমা খুরায়দা ১৯৪২ মেগী তাং ৯ দা ঈশৈ শকপদা মীয়ামনা লুপাগী মেডল পীৱিগনি লাউথোকপা নোংঙাল্লগা মেডল লৌবা চৎপদা ওঝা তোম্বীগা লোয়ননা লম্বীদা বোম তারকপা নংতুনা মেডল লৌদনা লান চেনবা তাখি। অতুগা চহী ৪ লান চেন্দ্রনা য়ুমদা হনজিনবা ঙমখিদে।

## শ্রীনামৈরাকপম ওংবী ইবেনৌগী পুন্সি বারী

লান লোয়্‌রগা হৃঙ্গিল্লরবপদা য়ুম পানখি। লোয়ন-লোয়ননা প্রজানা হোয়না বার্তোন তৌবা হেঙ্গিল্লকখি। ভাবোক্লা বার্তোন হেঙ্গংলকপা, মুমিং ৫ নি চুপনা শকপা, মুমিং ২৫ নি চুপনা শকতবা য়াদে হায়রকপা অসিনচিংবা থৌদোক্তগী ঈশৈগী পুক্কে অসিমু হেঙ্গংলক্তবা য়াখিদে। মীয়ামগী অপাম্বা অসি থুংহন্নবা হোৎনবদগী ওঝাশিংদা হন্না হন্না, ঈশৈগী ওঝাশিংদগী ঈশৈ, বারী লীবা ওঝাশিংদগী বারী খোমজিনবা হোৎনজবা তাখি, অদু অমুক লেংশিনজনবা ঈশৈগী বুধি লৌশিং কয়া অমা শীজিন্নবা তাখি। অদুবু য়ুম পাল্লরবা মুপী অমগী থৌদাং, পোৎলুমসু হেঙ্গংলকতবা নত্তে। নৌনা পোক্লকপা ইচা নিংথাদা পোরগা মুমিদাং পুং ২ দা হৌগংতুনা য়ুমগী থবক ঈনথাং লোইশিন-লমলে হায়রগা পুং ৪ নোংঙানদ্রিবৈদা ওঝাশিংগী শঙ্গাইদা চত্তুনা ওঝাগী ইমুং-মনুং পবক ঈনগাং মতেং পাংলে হায়রগা ওঝানা অয়ুক ঙনতা য়াহৌদুনা য়োৎপাক পায়দুনা ঈখোন কোইদুনা লৈপাক তৌরিবৈদা ঈশৈগী মতাং, বারী মতাংনচিংবা কয়া তম্বা তাখি। অমুক মুংথিলদা ওঝানা চেপলিবৈদা পানা ক হৈরা শীন-লাংদুনা থমজরগা ওঝানা লেংখৎলকপা মতমদা ইপানা শকখিবা ঈশৈ লোয়না লৌজহৌবা ঙমখি। অসুম তৌনা চহী ৫০ মুক্তা ঈশৈগী পুন্সিদা মনিপুরগী লৈকায় লৈকায় খুঙ্গং কয়া কাচিন কোয়া য়ৌনা খোংজোম পর্ব্বগী পুন্সিরোল অনৌবা লৈনোৎ হাপ্পা ঙমখি। মুংশিজরবা ভাবোকশিংনা লাউথোকপীখিবা লুপা মেডল মরী পীবিরকখি। মনিপুরগী অহানবা খোংজোম পর্ব্ব শকপী অশৈবীনি। খোংজোম পর্ব্বদা ভক্তিরসনা মপুং ওইহনবা ঙম্বী অশৈবীনি। ১৯৮৯ গী মনিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী অরার্ড ফংখি।

# মৈলে লৈশ্না

হা লৈরাং লৈমুংশি
পামেন থক্তা কাইদোংবী
উশা লক্তা য়াইহিপ্পী
চিংঙু কনানা শেম্বনো
খোয়ুম কনাগী নোংদম্বনো
শিঙেল লৈশক উবদা।
পাইমা পূক্লিং মুংঙোললি।
খোয়ুম নোংদম কনবনা
মরা শিখোং লোনলক্লে।
লৈরাং খোংমু হুনলক্লে।
শিঙেল লৈনা য়েংলগা
মুজা ওইবী মখুৎশু
মুরা থাংলেন মানবীনা
লৈরাং মানা পোমলিঙৈ
মুরা থুৎসনা মানবা লৈ।
শিঙেল মানা শাৎলগা
নাপা চক্রা মানবা লৈ
শিঙেল নংবু লৈমুংশি

লৈরাং লৈচু য়েংবদা
থাম্বী মৈত্রেং অরাবা
তাংজনা মচু মানবা লৈ।
শিঙেল নংবু ফংনিংই
লৈরাং নংবু হেকনিংই।
লৈরাং লৈখোকনা নৌবনে
শিঙেল লৈশকনা হেনবনে
মালং থংগোল অঙাওবা
চিংমাই নাপোম হুয়্রক্লে
শিঙেল কয়্না হুম্বদা
শেংডমদবী লৈরাং-ও
নিংজবা লালু কারিবী
খনজবা থৌগাই তিনলিবী
মেলৈ লৈস্না লোংচুম্বা
কাদাম্বদি লৈম্নুংশি
কল্লকইদা লৈম্নুংশি।
লৈরাং নওং য়েংবদা
শিংথাজবা ঙমজদে
লৈরাং মাগী কোলোইসে
মৈদিংঙু তুবী নিংথৌরেল
মিৎসনা মিংয়ান চাওবনা
থারম চীংদা লানদাইএ
লাইবী থারম থেনপুংদা
মিংয়ান চাওবা নোংমললে।
মনাও ইবুংঙো
লোইনাই থৌরান থাবনা

ময়াম্বুং মংশক তানবদা
সারাং থেনপুং য়ৌরকলে
লোইবী চীংমী কয়াবু
রাইরানা মশা ওইরুবা
হুয়েন মারান ওইরুবা
অবা হকশোক লাং
রাবল মৈচাক থাংল্লকপা
ময়াম্বুং সনা লুরেনবু
পামেল উশা থক্তুদা
সনা খুৎনা থাংগৎচৈ।
পামেল উদা ভাতুনা
মীয়েং শানখৈরকপদা
মুংশিদা-কো য়ামবুং-ও।
ননাও খোংহৌ থিলহৌয়ে
সনা লুরেল নিংথবা
কংলা মেন্দা থাংগৎকে
ননাওবু রারৌরীগনু।
মীৎসনা থম্বাল অনিদা
তরঙগী লাইজ ইরাচেন
চিংনা চিংনা য়েংলগা
মনাওনা হিক হিক কপ্পীদো।
অঙকপনি মতমদো
সনা লুরেল থাংকৎপা
পামেন উশা থক্তুদা
লৈরাং অমা শাৎলম্মী।
শিঙেন্স উবদা মুংঙোললি

ফজপ্রেদা লৈরাংসে
কোন্নৌ নোংবুম অমত্তা
উজত্রিকো লৈরাংসে।
থাবান থাবা ঐহাকনা
শিঙেল কোলোই থোনগেকো
লৈরাং কোলোই থোনদ্রবদি
চিংঙ্ থুম্না য়োৌফদে।
য়ামবুং সনা লুরেলবু
কংলা মেলদা ঙানবদা
শিঙেল লৈরাং নহাকপু
চিংঙ্ নোংদা পাখংবগী
কংলা মেলদা কৎকেকো।
লৈরাং লমঙাননজরো
নচুনা সনা মানলিদো
তামনা শাৎলি নহাকসে
কাদাম্বা হায়না কৌরগে।
য়ামবুং কোলোই মিংলেনবু
মিৎসনা হায়না কৌইদো
মীৎসনাগী মিংথাং লৌতুনা
কংলা মেলদা ঙানবগী
মেলৈ লৈসম্না।
চরোং চুম্না পানলিদো
মুংঙোলজরে শিঙেল-ও
লোংশা মাপল ফাংবনা
শিঙেল নংবু হেকচগে।
মেলৈ লৈসম্না লোংচুম্বা

কাদাম্বা সেরা
কায়না মৈনা চাকপনে
শিঙেল চেংলৌ উবদা
য়ামবুংগী মুংশি বাথলনা
থম্মোয় থাম্বী হৌবনি।
লৈরাং নংগী চেংলোনা
মালং মশক ওইরম্লনা
ইংহনলিকো লৈমুংশি
মেলৈ লৈম্না লোংজম্বা
কাদাম্বা সেরা লৈমুংশি
হায়না মিংকৌয়েকো॥

## থম্বালে

মৈদিংঙু নিংথৌ তুবী নোংদা লাইরেন পাখংবগী
মমুং মুংজেং পুখ্রীদা শাৎপা লৈ,
য়োইবু য়োইহেন কয়ানা
শিংঙেন মাবু উবদা
পুক্লিং খৈনা পাম্বা লৈ।
লৈরাং চেংলৌ য়েংলগা
মথংলেন মাঙ্গ কাওবা লৈ
মালং থংগোন অঙাওবা
থংগোন লৈনা হুম্বদা
শিংঙেন শাৎকম থীবা লৈ।
শিংঙেন মানা হায়জৈয়ে
পাখং নঙবু কদোমদা
থংগোন নঙবু হুম্বগে
শানৌ-ও! থংগোন ঐনা হুম্বদি
মাইকৈ শিম্বা মরিবু
মপুগী শিম্বা পাংজবে।
পাঙজেল তোৎবা মালংবা
নশানৌ পাঙ্গল শোনবীদি

তাইবং য়ুমলোন অরেৎতগী হেনজদে
মালং নংদি পাংগনবা
নশানৌ লম্বী তিন্নসি।
করিগীনো শিংঙেন-ও ?
মোমোন নোক্না শাৎপা লৈ
করি রানো খংগোনবা
কাওংমদবা মপাওবু
নঙনা তোয়না পাওজেল্লি।
কৈদনোদা শিংঙেন-ও
পংমন্নসু পংইদা
উরাংমৈ নহা খ্বাংনৌবনা
মপন খাল্লে লোয়াললু
খাল্লে তেংবাংজরুগে
খংগোন নঙনা চানবীয়ু।
খোইনৌ লম্বী তিন্নরে
লৈরাং লৈনম মুংশিবা
খংগোন মানা পাওজেল্লে
উরাংমৈ নহা খ্বাংনৌবা
শিনজংদরে শিনগাওরে।
হা লৈরাং লৈমুংশি
ইন্নোনমুংদা শাৎপদি
শিংঙেন হায়নবু শিংথানৈ
পামেন থক্তা শাৎপা লৈরাং হায়না কোলোয়নৈ।
শিংঙেন নাওবা মখোইরেন,
লৈরাং কোলোই মমিংদি
শিংঙেন হায়নসু শিংথানৈ

লৈরাং হায়নস্থ শৈশক্লৈ।
লিকলাই মুংজেং পুখ্রিদা
লৈকা ফম্না শাংলি
মাঙ্গ কনানবু থাবনা
মাঙ্গ ওইবা নখোয়না
লৈরাং নঙবু থাবদি
তাইবঙ নতিক ওইরোইদো
খোইয়ুম্না থাবা শিংঙেম্নি।
তাইবঙ মীরমলেন্দদি
লৈরাং চারবু শেমজৈদো
চীংঙ্ থাংজিং কোইরেল লাই
চিংঙ্ মাগী লোইবীদা
শিংঙেন চার হেৌরম্মী।
কেগে তাবু থিবনে
মোইরাং বাবু হনবনে
নোংয়াই য়াওস্থ তানবনে
খোইয়ুম মাগী লোইবীদা
শিংঙেন থৌনিবা চংঙৈদা
ফংজসম্থ মতাগুম
খুমু অনী হুল্লম্মে
কেগে তাবু থিবনা
য়েংঙ্ য়েংঙ্ শিংঙেনসে
লৈরাং চারবু ফুকচরে
শিংঙেন অনী গুবসে
অমদি চীংদা শাংহৌরে।
লৈরাং মঙং খঙলগা

শিংঙেন নতৌ উরগা
চিংঙু খুয়াদা কংপীগে
শেল্লোই মরুপ অনীনা
লৈরাং চারবু পুরকলে
উপু চাজুমনুংদা
তেনৌ শোঙৈ লোম্নুনা
শিংঙেন লৈরাং অদুবু
মন্নুং মুংক্লেং পুখ্রিদা
শিংঙেন চার পাখ্রে।
ইঙা থাদা ঈচুম্ল
ইংঙেন থ জ থানিল
ইননা শাৎপা লৈ
শিংঙেন মানা পোমলিঙৈ
মকে লংচুম মানবা লৈ
লৈরাং ফুগাইনা শাৎলগা
কোরিগী চফু মানবা লৈ
লৈরাং মুংজেং যেংবদি
পীবুক খৈনা পাম্বা লৈ
সনাগী লৈত্রেং মানবা লৈ
চন্নুরা ওইবী কয়াগী
নুজা শাইনোন মানবা লৈ
লৈরাং লৈপান অমনা
মীংলেন মরিগুবা লৈ।
মনানা লাচামৈ
মপান্না শিংঙেন লৈ ওইনৈ
খোংয়ুম কনানা য়াংপগে

ওম্মোক্রুস্ নীংথিজৈ
মহৈ তাওজিং হৈজাম্নৈ
অমাং অতা লৈত্রবা
শিংঙেন থম্বাল লৈদুগা
লাইনিংথৌদি ইবুংঙো
মৈদিংঙু কার্ত্তা নিংথৌগা
সেম্বী তেথাও স্বর্গদেব অনীনা
কেগে থাংজিং চীংথক্তা,
লৈয়াং থুমু হুনবগুম
লীকলাই মুংজেং পুথ্রিদা,
লৈরাং ফুগাইনা শাৎপগুম
নিংথৌ অনীনা নীংথিজৈ,
লৈরাং কোলোই মমিংদি
থক্কী কোল্লোই থরলৌ,
লৈরাং থম্বাল মীংথোল্লে।

---

# কোম্রীরৈ

হ্যা লৈরাং লৈন্থুংশি
শিংথানবি লৈরাংনি
মৈতৈ লৈমা ইমাগী
লৈকোনথুংদুদা শাৎপীদো
মতাং নস্তে শোনদ্রিবী
মতম নস্তে শকত্রিবী
শিংঙেন লৈকা ফনলকলে।
লৈরাং ফুগাইনা শাৎলকলে।
শজিবু থাগী থনিলনি
লমতা থামৈ রাইবদা
অরাং নোংদি ফেনবদা
মালং চৈরোনবদা
লাইজ খিকলেন ইরোইনা
শিংঙেন মানা শাৎপদা
পাইমা পুকনিং থুঙোললি।
থুদাংবাইরম মতমদা
অঙাম পুংদোল লোমলকলে।
তময়াস্থু খেঙ্গোং লাংলকলে।

মালং মুংশিং নামিবা
তপনা তপনা হুমলকলে।
শিংঙেন লৈশক উবদা
হা থমগোন মালংবা
শিংঙেন লৈনম ফংবদা
খোইরাংনবরা মালংবা।।
খোইনৌ নংদি কদোমদা
উরাংমৈ নহা খাংনৌবা
চুমলাং নপাক য়ানলিএ
থৌরৈ তেংবাংজরুগে।।
খোইনৌ লম্বী তিমসে
লৈরাং লৈনম পুরকলে।
শিংঙেন লৈনম ফংবদা
শিনজেংদরে শিনগাওরে।
শিংঙেন উবদা খোইজংজে।
লৈরাং উবদা মুঙোললি।
লৈরাং চার ফুকচগে
শিংঙেন নংবু থাজগে
মুমিং খুদিং য়েংজগে
লমদম কৈদা শাংকেগে
লমফেল নরা কোন্সীরৈ।।
মরম লমলেন লমমুংশি
হুপনা নাপুং ফাবা লম
চোংকাংনা পোকতেক লৈবা লম
হৈরেম চাকলাই থেংবীনা
মপারি চয়িন থেংবনা

চেকলা ওইনা লাংওনবী।
ময়ুম কেগে য়াকৈশং
চেকলা ইঙা কুমদম চেক
পোম্বী উথুম খোননৌবী
ইমুংবা নোঙাল্লমদাইদা
হুপনৌ ফৈনা চিকতুনা
পোম্বী তুম তুম য়াকৈবা
মুংশি য়ারল পাৎনিদো
মুংঙোলদবরা লৈমুংশি
শাৎলরোনে কোম্বীরৈ।
ইমা লোইমোম ফৌওইবী
পলেম মাগী লৈকোননি।
শিংঙেন মানা শাৎলগা
শিংঙেন খলোং মপুংয়াই
চিংঙু খুয়া ফংগনি।
শিংঙেন ঐনা খোইদাদে
লৈরাং ঐনা মুংঙোলদে
শাৎচনিংদে লমদমদো
লমতা থাগী থাজদা
শিগদবা হুমনি বাৎলিঙৈ।
পলেম ঙাইবী কয়াম্বু
শাবী শানৌ কয়াম্বু
চিংগোই লাইজ লুপলুগে।
লোইবী খলোং য়ৌরগা
শাবী শানৌ খিবিকনা
লাইনিং পরৈ চেৎনগে

মৈরা মৈজাও চমত্না
য়াংনা খোংদোই হুনববু
চিংঙ্ মাবু থিবরা
মুংশি মপাঙবু ঙাইবরা ?
শিংঙেন শাংলি য়েংবীরোই
মুংশি য়ারল পাংতুদা
নাইতোম শাংপী কোম্বীরৈ
ইথংলেন খোয়মু কনানা
লৈরাং লৈখোং শংবীরোই
লৈরাংবু নেথংবীদনা
লাইজ ইরোল মুংহুদা
শিংঙেন পংতুনা মাংববু
পাম্মু করম য়েংগদগে ।
শাংচনিংদে য়ারল পাং
পোইরৈ ভামনা থম্বীমু
চিংঙ্ খুরা কংঙমদা
পাম্মু কামু য়োঁঙমদা
লৈরাং ইদোম মাংগনি ।।
শিংঙেন লৈরাং কোম্বীরৈ
ইশানৌ থমমুং কোমুগী
কোলোই মিংথাং লৌত্না
কোম্বীরৈ হায়না থোনজবনি
শিংঙেন নংবু শাংলরো
পাথং থম্মোয় লৈকোনমুংদা
লৈরাং লৈশাং তমলরো ।
তাইবং পুনশি লোমবদা

শিংঙেন ঙ্খংবু পুঙমদা
নোংদম খিবা পাখংবা
পুন্সি চুপনা লেনঙমলোই।
ভাইবং ভাইওয়রবী
নোংদম থীবী কোম্বীরৈ
মপোক লাংওন কয়াদা
চিংঙ্ খোদা কংলগা
শিংঙেন নিংবা থুংজগে
যারোগম্ব লোয়ুম্বা
শাংলরোনে লৈম্বুংশি
শিংঙেন নংনা পামজবা
মুংশি লমফেল পাংতুদা ॥

## ক্লাকলৈ

হা লৈরাং লৈমুংশি
কুমগী মতম ওইরকলে
শিংঙেন নংগী খোংলোইস্থু
লৈরাং নপাও ঙাইরকলে
মেরা থাগী থানিলদা
শিংঙেন খোংমু হুনবা-লৈ ।।
খিংবাই নিংথৌ পাওহন চেক
লোইবী হেনবা অমুবা
ইমুং লাংথাং চেকনিকো
খোয়ুম নোংদম ফবনা
লৈরাং ওইনা শাইওনলে
শিংঙেন ওইনা শাংলরে ।
থুমন নামোই পুনশিবনা
শিংঙেন লৈশক উবদা
পাইমা মুংঙোলনা কপ্পলকলে ।
হা লৈরাং লৈমুংশি
শিংঙেন মওং য়েংলগা
তাওজিং লিরেল মানবা লৈ

শিংঙেন লৈনা য়েংলগা
চেকলা শাদোল মানবা লৈ
লৈরাং মানা পোমলিঙৈ
চেকলা পোম্বী অমুবা
কাককী মচিন মানবা লৈ।
শিংঙেন ফুগাইনা শাৎলগা
চেকলা তোকলৈ মানবা লৈ।
হা লৈরাং লৈমুংশি
শিংঙেন নংবু কনানো
মালেম কৈদগী শাৎপনো
কোরৌ কৈদগী পানবনো।
শিংঙেন লৈচু হায়রগা
ইঙা কুমদমলকপদা
য়াংবল হুনগান নিকলকলে
হিগোক পৌদা য়ানলকলে
লাইজ য়াংনা তারকপা
য়োইময়াইনা অঙাম্না
লাইজ থক্তা য়ৈরকপা
লাইজ মচু মানবলৈ
হা লৈরাং লৈমুংশি
শিংঙেন কোলোই মমিংদি
কাকী মিংথাং লৌহনা
শিংঙেন কাকলৈ মিংথোনলি।।
থুমন পোকপা খোমুমলৈ
চিংঙ থৌনিবা য়াওবা লৈ
ইয়ুম পোইরৈ মৈতৈদা

চিংঙ্ লাইরেন পাখংবগী
খোৗগন কুম্মৈ য়াওবা লৈ
লিক্লাই ইবুংঙো লাইনিংথৌ
মপু হিয়াংকুম্মৈদা
বাকমু লৈমা উংগোইথোং
কুমজিং লুখোং ফৈয়েৎনা
বাহোং মতু তরেৎনি
পান্দ্ লৈখা মঙানে
নিংথৌ বাংবা শমজিনলৈ
শমজিন থকতা হেনবা-লৈ
নওং য়েংবদা খোইরাংই
নত্তৌ য়েংবদা মুংঙোললি।
শিংঙেন কৈদগী লাকপনো।।
নোংমা কোয়ৌ সুমিৎতা
পোম্বী চেকলা উরোকনে
চেক্লা পোম্বী
খিংবাই নিংথৌ পাওহনচেক
মকু পিবাগা লোয়ননা
অহুম অসি থৎনরে।
মকুনা হায়এ
নখোয় অনি তাবরা
ঐনা খ্বাইগী অহলনি
পিবা ফমসি ঐগীনি।।
তানিংদেকো মকু-ও
করম্বা মতমদা লাকপনো
তাইবং মীওই কনানা

নংগী নশক য়েংনিংদে
মিৎতা য়েং কদাইনো
অকিবগী মশকনি
ত্তাইবংলকতা তিনফমবা নহাক্না
করম্না ওইগদৌরিবা নহাক্না
নিংঙাই শংদানরকলে ।।
মকুনা হায়-এ
ফরে অতু ওইরবদি
গুরুদা হুংগৎনরুসি ।।
মনাই অহুম খৎনবা
থাংবা ঙমলকতদনা
গুরু লেংথোকপীরকলে
চংলকউ লাকউ অহুমক
নখোয় খৎনবা তৌগম্ম
মকু নংনা পোকপসে
মতম কয়া কুইরবা !
ত্তাইবং লৈশেমলফপদা
ননাই মকু য়াওজরে
নংনা থ্বাইদগী অহলনি
পিবা ফমসি পীরসি
মনাই উরোকনা হায়জেয়ে ।
ঐগীস্থ অমা পীবীরো
চেকলা পোন্থী অঙৌবা
নংগীস্থ ঐনা পীগনি
নহাকী নতু অসিনা
উরেকসেক নোইনিংথোই

শমজিম থক্তা ঙানজৌবা
অকন অথৌ কয়াগী
নংনা খৌরৈ তেংবাংউ
নিংঙাই চাওবা চেকলানা।
খিংবাই নিংথৌ পাওহনচেক
তোকলেন কননা পানলম্মী
শুরু মাঙ অদুদা
চেকলাগী তোকলেন কোইদংলে
ইখেং ঙাংনা তারকলে
_ঙাইখো ঙাইখো চেকলা-ও
নংসে নরিল খামনলি
নংগী অঙৌবা মচুসে
ঙসিদগী মুৰোকো
নংগী তোকলেন অসিনা
পামেন থক্তা থাংগৎকে
লৈরাং ওইনা শাৎচৰো
লৈরাং চরোং নিংথিবা
খুমন পোকপা কৎপদা
লৈরাং পামনা লৌসন্নু
হিয়াং হিরেন মথক্তা
শিঙেল নংস্থু ঙানজরো
খোম্নুম ঐনা পোল্লগে
ক্বাক্লৈ কৌবী লৈরাং
চেকলা মাগী শাইওননি ।।

## তখৈম্ন

হা লৈরাং লৈম্নুংশি,
কার্ত্তা নিংথৌ মপারী কাল-রাজা মুবা,
লমজিং পুরেম্না পুবা লৈ।
উপু চাজুম ক্ষুংদা
তেনৌ শোঙ্গে লোন,
পোৎপু লোংফম তাও,
তখেল মীরৈপুংদগী
শিংঙেন মাবু পুরকলে।
লোইবী চীংলোন লান্দুনা
লোকমায় কয়া লান্দুনা
মৈদিংঙু তুবী মাগী মশাইকোন,
হয়ুম পোইরৈ মৈতৈদা
কাল-রাজা মুবনা
মবুংঙো গোপীনাথকী
মণি মন্দির চেকয়াদা
শিংঙেন মোলোম শেম্বীরে,
লৈরাং থুমু হুল্লকলে।
শিংঙেন মউ য়েংলগা

শেল্লোই শাজৈ মানবা লৈ
লৈরাং লৈনা য়েংলগা।
নিংভোল ওইবী মখুৎশু
ফীশা তেমলাং মানবা লৈ।
অয়ুক য়েন্দা অঙনবা
লিক্লা লোকয়িন ওইদুনা
শিংঙেন পোমশাৎনবা লৈ।
নুমিদাং ৱাইরম মতমদা
য়োইময়াই অঙানবা
লীৱা লীগুম তোন্না হুই,
নান্দ লীগুম খোই খোইনা
অঙান্না নেম-নেম কুম্বদা,
শিংঙেন ফুগাইনা শাৎপা লৈ
উরাংমৈ নহা খ্বাংনৌবা
খোইমু মপাও ঙাইবা লৈ,
নুরা লোন্না চীল্লগা
চেংলৌ মতেং পাংবা লৈ,
মৌগী লোন্না চীল্লগা
মথং লেনবু কাওবা লৈ,
মীরম ৱাখন থন্ন লৈ।
পম্খৌগী লেঙ্গা ওইবশিং
নাপ উরিশেক অঙৌবা
চুবা লৈ ওইবশিং
শিংঙেন মাবু চীল্লগা
নৱা ৱাখল খন্নলৈ।
হা লৈরাং কনানো

শিংঙেন নাওৱা মখোইয়েন
লৈৱাং কোলোই মমিংদি
তখেল মীরৈপুংদগী
শিংঙেন মাবু পুৱকই।
মপারী মুবা লমজিং পুমেন
লৈরাং তখেল্লৈ মীংথোল্লে।

# উচান

খানা চাউরবা বাংব্রেম্না
চীংঙ্ মথোই কারক্লে
থয়ুম্না ময়াই কারক্লেদো
নোংমা কোমৌ মুমিংতা
থয়ুম ময়ামগা লোয়ননা
হরাওগী কুমৈ শাম্নরক্লে।
লাইরেম্বী লৈমা লোয়ননা
থয়ুম্না হরাও পুংগোই লেপ্পা মতমদা
মুমিদাংবাই মতমদা
য়োইময়াই অঙানবা
লীবা লীগুম তোম্না ওই
নান্দা লীগুম খোইখোইনা
তাম্নবা নোংচুপ চীংখোংদা
অঙাম্না নেম নেম কুমলকলে।
বাংব্রেন খানা চাউবনা
মনাই কনা তাকলমদে
মদাইরেম কনাস্ত হায়রমদে
চীংঙ্গী হরাও পুংগোই লেপ্পদা

অনান নানফৌ চন্নুনি
মমোম্না তোমশাৎনরিবী
চীংঙ্, কুম্মৈ য়েংঙ্‌রেদো।
মতম অত্তুমক্তদা
বাংব্রেন খানা চাউবনা
তাইবঙ কনাগীদি মমোম্নো
মীৎয়েং তাবীরকলে
অনান চীংদা লেংথৎলক্লে
খানা চাউবা বাংব্রেম্না
অনান নিংথৌ মমোম্নোই
নাইতোম শাৎপী শিংঙেন্দো
লোইবী চীংশাং নাপোমদা
কায়দা লোইরোই চৎলম্মী।
মতিক ময়াইদি চাউরবা
খানা চাউবা বাংব্রেম্না
তাইবং শক্তম লৌত্নুনা
মশানৌ নাক্লা লেংশিল্লক্লে।
নীংথিজৈদা ইবুংঙো
চেংলৌনা শক্তম হেল্লিদা
ঙাইখো ঙাইখো চন্নুরা
পলেম কনাগী মমোম্নো
চীংগোই নপাও মেল্লমউ।
অনান নানফৌ চন্নুনে
অনান নিংথৌ মমোম্নোই
খঙজদবা মরম্মা
হা তাইবঙ কনানে।

ঐখোয়বু পোকপা পম্বৌদি
পাইমা লীংজেন খাবনিদো
চৎলো চৎলো লৈহৌরো
পম্বৌনা উবা থোক্লবদি
য়াইবী তেমশিংনগনি।
বাংব্রেন খানা চাওবা
খোয়ুম্না মোমোন নোক্তুনা
হাই হাই অনান নানফৌ চম্ন
নঙবু ঐনা করি খঙদনি
ঙসি কোরৌ মুমিত্তা
মুম্না য়েংউ ঐহাকসে
কনা মাল্লি য়েংজৌকো।
খয়ুমগী মপাও তাবদা
পাইমা পুক্লিংদো মুংওনজৈ
কোক্তগী খোংফাও তুচুংলে
অনান চম্ন ইবেম্মা
মবুংঙোবু চীংনা য়েংজবদা
খয়ুম মহাক ওইবনিনা
মালংবনা মনিল ফংঙকলে
চীংঙু মাগী মুংশিবা
শিংঙেনগী লৈনম লোয়নবা
তাওজিং হৈনম্মদি চুংবা
খয়ুম মাগী মুংশিবা মনম ফংবদা
কোক্তগী খোংফাও তুচুংলে
বাংব্রেন খানা চাউবনা
য়েংউ য়েংউ ইশানৌ

ঐসে কনা মানবগে
হয়াও পুংগোই লেপ্পদা
চীংঙ্ ঐগী ফম্বাল্লাং
পামদবরা চম্বুরা।
করি বানো থয়ুম
থয়ুম ওইবী নহাক্না
তাইবং ওইবী ঐঙোন্দা
অচুম্বা য়াথং পীবিবদি
লেংঙো লেংঙো নিংথৌরেল
থয়ুম ওইবা নহাক্না
মীগী লমচৎ চৎপরা।
চংকে নীংঙি ঙমদেদো
থয়ুমগী ময়াই কনবনা
বাংব্রেন খানা চাউবনা
মশানৌ খুজেং পায়দনা
পাউথেমলকালে মতমদো
লাকও লাকও ইশানৌ
ঙসিদগী হৌদনা
চীংঙ্ ঐগীদি ফম্বাল্লাং
ঙানজররো তাকপীরে।
করি বানো নিংথৌরেন
চীংঙ্ নঙগী ফম্বাল্লাংদি
ইচে ইবেম্মগী ফম্বালনি।
নশানৌ ওইবী ঐহাক্তি
তাইবং ওইবা মপোকনিনা
ফম্বাল ফংজবা ঙমক্করোই

চীংঙ্ নয়াধং অকনবদো
নদাইরেম ওইবীনদি ইনজগে।
অস্তুম্নদি ওইরগা
থয়ুম মাগী ফম্বাল্লাং
শিনৌ লশিং লৈরাংনা
ফম্বাল কাদদি ঙালহনজগে
নৌনা কম্বাল শিনবীরো।
মতম অসি মক্তদা
তুবী নিংথৌনা
অনৌবা কম্বাল শেমহনা
অনান নানকৌ চম্নুনে
ইবেম্মা তম্ফা লাইরেম্বী
কোলোই মীংথোন ওইহনা
ইমুং চুপ্পা ইবুংঙো
থেলাগী মপুং ফাহল্লে।
লাইরেম্বী তম্ফা ইবেম্মা
মনাইশিংবু য়েংলহনা
থোমলেন মংফাওনরেদো
চকপা মৈরা মংচুম্বী
অমাই মথোই নেম্নবী
মাইবী হনবী মফমদা
থয়ুম্না বায়েনদিনে পীবিরে।
খুরকী লৈকা থেক্তুনা
শরিকী চোমজাও পায়হনা
লাইরেম্বীনা পাও ফাওবীরে
মতাং অসিমক্তদা

চীংঙ্ খয়ুম লাইনিংথৌ
বাংব্রেন খানা চাউবগী
হয়াওগী পুংগোই লেপলকলে
তাইবংদি কুম্মৈ শানরকলেদো।
পোইরৈ সনা লৈবাক্তা
তাংলৌ মমৈ বাইয়কপদা
তম্ফা লাইরেম্বী মশানৌনা
তাবীয়ুদা ইনিংথৌ
তাইবঙ ওইবা হায়বসে
য়োইময়াইনদি অঙানবনা
থেংগারিবৈ মতমদা
হয়াও থেক্লা শামজৈদো।
য়োইময়াইনা অঙানবনা
খোংগুমলকপা মতমদা
ইমুং নারল চল্লবদা
তাইবং পানবা শোল্লিদো।
চীংঙ্ খয়ুম লাইনিংথৌ
হয়াও পুংগোই লেপ্পদিনে
বাংলেন মশিং নাইদনা
শাম্মনিংইদো ইনিংথৌ!
তাইবং ওইবশিংনা লৈজবা
হৈবাং লৈরাং খরদং
চীংঙ্ খুয়াখাদা কৎচবদা
জগোই খুৎথেক কৎচবদা
খাম্বীনা মৈরা য়াওদবনা
তাইবং পুক্লিং বাজৈদকো

চীংঙু খয়ুম লাইনিংথৌ।
মুংঙাইরেদা ইশানৌ
হয়েং ইমুং ঙাল্লগা
খাম্বীনা মতেং ওইননবা
শিংঙেন লৈরাং থারগে।
ইমুং শোরা ঙাল্লকলে
চহুই পোম্বী লীক্লানা
মালেমদা চোম্না তারকলে
য়ুমগী খুম্মু খোংলকলে
লমগী কাংঙা চাক্লারে
চীংঙুনা তম্ফা লাইরেম্বী
লাইজ ইপাল লাংলেদো
লৈবাক মাইবা মাইবীনা
চীংঙু নঙবু প'ওপেমলেদো
খানা চাউবা লাইনিংখৌ
ননাও ওইবী ঐহাক্লা
ইমুগী মম্মোন শাংচরে
লাইজগী ইপান লাংজরেদো
লেংবিরকপা মতম ওইদ্রিবরা
অয়ুক্কী য়েন্দা অঙনবদা
খানা চাউবা রাংব্রেম্না
মশানৌ তম্ফা লাইরেম্বী
মগাইকাদা লেংঙকপদি
মনাইদি কনা য়াওদেদো
তম্ফা নাক্না থুংঙুরেদো।
রাংব্রেন খানা চাউবা

চীংঙু খয়ুম লাইনিংথৌ
তাইবংনা হরাও পুংগোইদা
লেপচবদো ইবুংঙো
ইমুংবনা নারল চল্লগা
খাম্বী মতেং পীবিরে।
চিংশিল্লকউ ইশানৌ
হন্দক্কী শিংডেন লৈরাং অসিদি
শানৌ নঙোন্দগী
শিংডেন লৈরাং চার লৌগেকো হায়তুনা
তম্ফা লাইরেম্বী ইমাগী থাজনা
পামজনিংঙাই মাইথোংনি
নীংথিরবী ফজরবী
লুখাংগী শমথোই নীংথিরবী
কৈদা প্রমাণ তৌশিগে
অপাম কোম্থা য়েনগুম্বী
মোইথেমচেক্কী মঙ্গনি
শমলাং অমা লৌরেদো
চীংঙু খযুম ৰাংব্রেম্নদি
শিংডেন নঙবু খুম্মু হুল্লো
লৈরং নঙবু হৌবোদো
ইমা তম্ফা লাইরেম্বীনা
খয়ুমগী খুয়া খাতুদা
খাম্বীদি মতেং পীবিয়ু
নোংবুম খুদিং নীজবা
ইবেম্মা মুমিৎ চয়োন তবেৎ শুরকপদা
লোইবী চীংশাং নাপোমদা

লৈরাং খুমু হুনশমুকো হায়হুনা
চীংঙুনা থাবদা শিংঙেম্নি।
লৈরাংনা নীংথিনা হৌরকপদি
শিংঙেম্না মউ তাবদা
লৈরাংনা কোয়ৌ ঙমথংনৈ
লৈরাং মচি কাবদা
অহনগী মতম ঙইরকপনা
নাপগী উরিকশেক
অঙৌবা চুবাগী লৈ ওইনবশিং
খয়ুম খুয়া খাহুদা
নিংঙোম্না মচি অহুনা
লাইজ ইপান লাংঙগা
শিংঙেম্না মচিন্দি কৎপলৈ
শিংঙেম্না লৈনা নীংথিবী
তম্ফা লাইরেম্বী ইমাগী
লুমাংগী শমথোই মাল্লিদো
লৈরাং মাগী লৈপাম্নদি
মকীগী লংহুম মানবা লৈ
হা লৈরাং মুংশিরৈ
লোইবী চীংগী নাপোমদা
শিংঙেন বাংনদি হৌরেদো
লাকও লাকও তম্ফা নংবু
লৈরাং লৈশক ম্নেংঙরো
হাদ লৈরাং লৈমুংশি
মৈদিংঙু নিংথৌ তুবী
ম্না ঈনা লাংওনবা

চোথেনা থাংমাই পাথংবা
অনান থুম্বীনা মৈমাংচিং
লমলেন্না কান্না চৌংগী
খোইবুংনা লমাহন্দগী
নোংব্রেৎ নৌরাং তাংদগী
লমলেন্না অনান নোংদোন্দা
লোইবী চৌংশাং ন্নাপোমদদি
শিংঙেন মানা ওংবা লৈ
লৈরাং কোরৌ ঙমথংনা
মালংনা চৈরোইনরকপদা
মুক্তা নঙগী শমলাংদো
তাংজনা মশক মানবা লৈ
তম্ফা নঙবু রাংব্রেন্না
চান্না থম্মী হায়দুনা
শিংঙেন কোলোই নঙগী
নমিংদি ইমা থোংনাং লৈন্নুংশি
থোংনাং থাম্বী উচাননে।
শিংঙেন্না মউ থায়রগা
লৈরাং নৈচা শেৎলগা
তাইবঙগী কুম্মৈ শান্নবদা
থাম্বী মৈনা মরুপ ওইদনা
শিংঙেনদি লমঙান্নবসে
ফংজরোকো পীবিরে।
রাংব্রেন থানা চাউবগী
হৱাউ পুংগোই লেপ্পদা
থাম্বী মৈরা থানখরে

মরম অহুদগী মৈতৈনা
মমাঙতৈগী মতমদা
উচান মৈরা থাল্লদনা
হুরাওগী পুংগোই লেপ্লম্মী
করিগুম্বা কুম্মৈ শামবদা
উচান মৈরা থাল্লম্মী
মৈদিংঙু সনা কৈথেল্দা
লমঙামবা লৈ
বাংব্রেন খানা চাউবনা
মশানৌ তম্বাগী শমলাংনা
শিংঙেন মাবু থাখি খংনবা হায়দনা
ঙসিফাওবা মঙ্গুংদা
মুজা শমলাংগদি শিংথানৈ
হা লৈরাং লৈম্নুংশি।

# নৌরি

হা শিঙেন লৈম্নুংশি
লৈরাং নোংদম ফবীদো
ইমা লোইমোম ফৌওইবী
ভাইবং চিঙাক লেম্বদা
হোইলাওবা খোঙেমা
খোইয়ুম পুক্লিং শুমহুৎপী
ফৌওইবীগী লৈকোন্দা
শিঙেন মানা ওংবা লৈ
কালেন থাগী থাজদা
মপল থালৈ মরৌচা
শিঙেন মাবু পোমলকলে
পম্থৌগী লী হাইকিবনা
কাওরেল লীচিং তোইরকলে
থককা থাগা গুনবীরে
কোরৌ মৈনা শাবনে
বাংবল মৈনা চাকপনে
শিঙেন নংবু মাঙবরা
লৈরাং মাদি মাংঙমদে

কুমগী নোংছৌ তোইবনা
লাইজ খিকলেন চাইবদা
শিঙেন মদোম হৌরকলে
লৈরাং ফুগাইনা শাংলকলে
কোরৌ মুমিং চুপ্লবু
শিঙেন লৈনম কাওদেদো
মুংদাংবাইরম মতমদা
মালং খোঙ্গন অঙাওবা
শিঙেন লৈথোং খাতুদা
মালং লৈনা হুমলকলে
পলেম মাগী লৈকোন্দা
লৈবাং ঙাংনা চাইরকলে
খোঙ্গন মাবু ঙাইজনা
শিঙেন মপাও মেনলকলে
হা-খোঙ্গন অঙাওবা
মালং নংবু কদোমদা
শিঙেন নংবু তাবরা
উরাংমৈ নাহা খ্বাংনৌবা
মপলগী থালৈ লৌয়ানলে
খৌরৈ তেংবাংজরুগে
শিঙেন লন্থী ভিম্নসি
খোঙ্গল চৈরোইনহুনা
ভপনা তপনা হুমলকলে
লৈরাং লৈনম ফংবদা
উরাংমৈ নাহা খ্বাংনৌবা
শিনজংদরে শিনগাওরে

হা-শিঙেন কনানো
অয়ুক শুমিং চুপ্পদি
শিঙেন লৈনম ফংদেকো
ইনুংবা নাবন চনলমদাই
শিঙেল পাওজেল তোইরিবী
শিঙেন কোলোই নমিংদি
লবুক লৈরি তোলোমবী
ইমা লোইমোম ফৌওইবীনা
থাখিবা শিঙেল লৈরাংনি।

# থরো

কেগে তেক্পী ওকলৌকোন
মোইরাং লাইগী লম্বালদা
মপুথিবা মমোমলোই
শৌবোল লাইবেন্থী ইবেম্মনা
শাইওনখিবা শিঙেন-ও
নোংদম্বনা কনবনা
শিঙেন ওইনা লাংওনলে
ইরোলম্নুংদা পোম্বা লৈ
ইপাললাংদা শাৎপা লৈ
লাইজনবু কনবরা।
শিঙেন মানা মনৌই
লৈরাং মানা নৌবরা
শিঙেন মানা মহেনলি
ইপাললাংদা শাৎলকলে
লাইজ ইথক ইপোমনা
ইমু খোংপাও তোইরকলে
লাইজ নংবু তনঙাইখো
পামু মপাও ঙাইবদা

লোইরং শিংথোং ওইগনু
লৈকা ফননা শাংলি-এ
শিঙেন মানা পোমলিঙৈ
মুরা ওইবী মথুংশু
শিনৌ লংথুম মানবা লৈ
লৈরাং মানা শাংলগা
সনা লৈত্রেং মানবা লৈ
হা-শিঙেন লৈমুংশি
লৈরাং লৈকা য়েংলগা
লুপা নাচোম মানবা লৈ
শিঙেন কোলোই হায়রগা
কোরৌ মুংথিল চুপ্পদি
শিঙেন মাবু শাংতেদো
ইমুংবা নোংঙাল্লমদাইদা
মালং চৈরোইনথুনা
মথংলেন মপাও ঙাইবা লৈ
লৈরাং থংলেন কনানো
কোরৌথককী থাজনি
থাজবু ঙাই হায়বগী
লৈরাং নাওবা মখোইরেন
শিঙেন কোলোই মমিংদি
লৈরাং থরো থারিকথা
শিংথানবা শিঙেননি ।

# য়াইপল

মৈদিংঙু নিংথৌ খুজ্ঞাওবনা থুপচৈদা
খুনেং শাবু থাদোকই
হ্যা-শিঙেন লৈমুংশি
লানশোনবী লমদমদা
য়াঙোই মাবু লেপখরে
শিঙেন মাবু লৈমুংশি
মতিক ময়াই কনবীনি
মৈদিংঙু য়াইবী য়াইফবা
লিকলাই পাইখোম্বা নিংথৌগী
পাওবু লৈনি লৈমুংশি
নোংদা লাইরেল পাখংবা
কংলা থৌগল পাখংবা
কংলা থৌগল ফংজগে
পাইখোম্বনা লাকপদা
শিঙেন মাবু উরুবে
লাইওইরবা শামুনা
শিঙেন ঙৌনা শাংপবু
চংশিল্লকলে শামুনা

য়ারেন থম্বৌ মানবনা
শিঙেন কাবু ফুকপা লৈ
নাতোন চীংলাই মানবনা
লৈরাং লৈচা শাংলগা
মবুংঙো পাইখোম্বা সনানাক
শামু তপনা চংলকলে
মৈদিংঙু পাইখোম্বা নিংথৌনা
শিঙেনসিবু ফজ্জৈদা
শাবল মতা ফবদা
লৈকা ফম্না শাংপদি
পাইমা পুক্লিং মুংঙোল্লি
য়াঙ্গোই নংনা হেকপদি
কনা খুদোল ওইদৌরি
খুনজাওবগী খুনেংশা
শিঙেনহুবু পুরকলে
লিকলাই পাইখোম্বা নিংথৌদা
শিঙেন মাবু কংলগে
লাইরেল পাইখোম্বা নিংথৌবু
মনাতোম্না য়েংলগা
শায়াংথকতবু হাপকংখি
মৈদিংঙু পাইখোম্বনা
শিঙেন খুত্তা পায়হুনা
দনা মিংয়েং তারকই
ফজ্জৈদকো লৈমুংশি
য়্যংবগী পেনবা নাইদেদো
লেরাং নোংদম থিবনা

শাবলদদা মশাংলি
লোইবী চীংশাং নাপোমদা
শিঙেন নংবু ওংজোকো
লৈরাং নংগী কোলোইসে
ঐনা তোংবা শামুসে
খুজাওবগী খুনেংশা
শামু মাদি য়াইশানি
শামু য়াইশা ময়ানা ফুকলেদো
য়াত্তোনথকত্তা পনলকই
য়াইশা মিংথাং থর লৌ
য়াবেন মিংথাং থর লৌ
শিঙেন কোলোঙ্গ মমিংদি
য়াইপল হায়না কৌগেকো
ওসিদগী হৌত্ত্রনা
অৱাংবা চীংদা কাজরো।

———

# লশিং

তম্ফা লাইরেম্বীনা
মবুংঙো বাংব্রেন খানা চাউবদা
খুদোল অমত্তা তৌজগে খল্লি
তম্ফানা অয়ুক য়েন্দা অঙনবদা
খ্বাংচেৎ মচিনাই
পম্বোগী লোইবী চীংমাই
ফজবা লেংথৎলক্লে
লাইরেম্বীনা কয়াদা নীংথজরবা
ইঙাং পাখোন খুলেনয়াই
মরিং থিংবাই পানমলোন
মরিং তোম্বা পাখংনা
য়োংলৈ লেংদা থোংদনা
তেংবাক লৈরোন কাংলক্লে
চুম্নাং নমপাক য়াল্লক্লে।
ঐনা ঙসি
লোইবী চীংশাং নাপোম অসিদা
মুংতিগী ঐনা পাম য়ানবসে
পামেন উদগী হেম্না শাৎতে।

চীংফু তম্ফা লাইরেম্বী
পলেম নঙবু উদত্রা
চীংশা নাপোম ফজবা
ইমা নঙগী থৌজাম্নি।
শিঙেন লৈরাং অমত্তুদদি
চীংশা নাপোম ঙানজবা
পীনখিয়ু হায়তুনা
নোংবুম খুদিং খুরুমজৈ।
লোইবী চীংশা নাপোমদা
য়োৎলৈ তোয়না কাংলুরগা
খুৎনা চুবারমত্তুনা ক্ষমতুনা লৈরিৱৈদা
তম্ফানা কনা উহন্দনা
মালংগী মশক লৌরগা লাক্লে।
হাদ পারী মুংশিবা
ঙসি মুমিত্তা ইমানা
লৈরাং চার পীগে
চীংঙু খোয়ুম লাইনিংথৌ
থানা চাউবা ৰাংব্রেন্দা
ইমানা লৈরাং অমত্তা
খুদোল কৎকে থজবা
পারী নঙনা থারগা
খোয়ুম তুবী ৰাংব্রেন্দা কৎচগেকো
ইবেম্মনা ফজবা
খুৎশা তরা তিংথোকপদা
হৈরাং হৈরু ওইনা
লৈরাংগী লৈরু ওইনা থোক্করক্লে।

তক্ষা লাইরেম্বীনা
লৈরাং চার হুল্লমলগা
শঙ্গাই তম্না হুনখি
ইম্নুং শোরা ভাল্লগা
মরিং তোম্বা পাখংনা
ঐনা য়ানজবা পামসে
য়েংবদা পুক্লিং মুংঙাইরে
অহুম্নদি ওইরগা
শিংঙেন লৈরাংদি অমত্তা
হোৌদে খম্না খম্না
মহাক্না পামলৌ ওইগে
হায়না কোয়না চৎলকপদা
তক্ষা লাইরেম্বী ইমানা
হুল্লম্বা লৈরাং চার অহু
হিরু পোকথায়হুনা
শিংঙেননা য়েম্নিং হুললমলে
লৈরাং হৈরু খুমু হুনবদা
বাইরং শেঙ্গা মানবা লৈ
কবুই তোম্বা পাখংনা
মরিং পাখংগা অনিনা য়েংমিনবৈ
য়াম্না কবুই তাবরা
ফজখরেদো করি চারনো
লাইগী নোংদম য়েংসি
হায়দনা শিংঙেন কোলোম শেম্নমলে।
লোইবী চীংশাং নাপোমদা
ভোকমু লৈকন তৌদনা

মালেম লৈথিং তোয়দনা
নোংদোন লাইজ খিকচানা
শিঙেন কোলোম শেম্বদি
লৈরাং লৈপান ফারক্লে।
লৈরাংগী লৈনা য়েংলগা
কাইরৈ য়েনখোং মানবা লৈ।
শিঙেন লৈউ য়েংলগা
শেল্লোই শাগৈ মানবা লৈ।
হা লৈরাং লৈম্লুংশি
শিঙেন মানা পোমলিঙৈ
কাগী শুংদাই মানবা লৈ।
মেরা থাগী থাজিন
লৈচিন্না মাইয়োক্লবনি
ইপাম লমদম চাওনা লৈ
মরিং খুনবী ফাৎনলৈ
ঈরোনম্লুংদা পোম্না লৈ
কোরৌথক্তা শাৎপা লৈ
হাদ লৈরাং কনানো
ঈরোক্লা লৈচিন লৈরাংনি।
লৈচিন্না মাইয়োক্লত্নুনা
লৈরাং ফুগাইনা শাৎলক্লে।
তম্ফা লাইরেম্বী ইমানা
লৈরাং লৈকা শেৎলদনা
লৈরাং মাবু হেক্লগা
পনথোগী মগাই কাহ্নদা
লৈরাংনা পোনচেপ শেম্নে।

লৈরাং মাবু পুতুনা
বাংব্রেন খানা চাউবনা শঙ্গাই তমলক্লে
তম্ফা মশানৌ উবদা
বাংব্রেন খানা চাউবনা
তম্ফা চংঙকউ লাও
নঙনা পুরক্লিবদো
তরা চয়োম ওইত্রা
তাওজিংনা পোনচেপ ওইত্রা তাকপীরকই
বাংব্রেন খানা চাউবও
শিঙেন মীৎয়েং তম্বীয়ু
লৈরাং মীৎয়েং তাবীয়ু
লোইবী চীংশা নাপোমদা
ইপারীশিংনা কোলোম শেমজবা লৈনি
চীংঙু খুদোন কৎচগে পুজরকপা লৈয়াংনি
শিঙেন কোলোই থোনবীয়ু
হন্দক্কী লৈরাং কোলোই অসিদি
থয়ুম ঐনা থোল্লরোই
তম্ফা নঙনা থোনজরো
শিঙেন লৈরাং য়েংলগা
হা লৈরাং লৈমুংশি
য়েংখি য়েংখি খুদিংদা
লুনা নাম্না ফজবা লৈ
অরুবা কোলোই খর লৌ
শিঙেন কোলোই মমিংসে
শিনৌ লশিং কৌগে।
ওসিদগী হৌদনা লৈরাং

নওদি মালেম কোয়না
পান্নী ইমোম থিবিককী
লৈরাং নওনা কোনজরো
চীংগু খুয়া খুদিংদা
শিঙেন নওনা ফংজরো ভাকপীরকলে
হা লৈরাং লৈমুংশি
লৈরাংগী লৈচা অমনা
লৈচু চামা থোকপা লৈ
শিনৌনা "লশিং" লৈরাংসে
লাইরেম্বী ইমানা থোনবনি।

## খুজং

হা শিঙেন লৈমুংশি
ইবুধৌ পাখংবগী হিগারম
লংথবল কোমুং মপুংয়াই
লোইবী চীংগী তময়াদা
শিঙেন মানা ওংবা লৈ
মৈদিংগু কর্ত্ত নিংথৌনা
শ্রীগোবিন্দা লেংশিনবদা
লৈরাং মাবু কংপা লৈ
তাখিদৌরে মুমিৎতু
অঙান পুংদোল লোনলকলে
শিঙেন মউ হায়রগা
কারিক য়েনখোং মানবা লৈ
লৈরাং লৈনা য়েংলগা
চন্দোন শরিক মানবা লৈ
শিঙেন মানা পোমলিঙৈ
শমু খুৎসনা মানবা লৈ
লৈরাং মানা শাৎলগা
নাপা চক্র মানবা লৈ

অন্তা শাই নোংপোক লৈরিখোম্বনা
লৈরাং য়েংবদা মুংঙোলগি
হা শিঙেন লৈমুংশি
লৈরাং কোলোই য়াওদ্রবদি
হুরিদা কৎপা য়াররোই
শিঙেন মাবু হৈকৎলগা
চিংগোই মপাও মেনলকই
ফজদ্রা লৈরাংসে
করি কোলোয় খোনশিগে
অঙম অথৌ থিবিকনা
লৈরাং চেংলৌ য়েংইদো
খুনজা চংনা য়েংবা লৈ
ইচা ইবুংঙো নিংথৌরেল
কর্ত্তা চেংলৌ শকহেনবা
শিঙেন মাগা পাজগে
খুনজা চংনা য়েংবদি
লৈরাং খুজং খোনজগে।

## হন্নারৈ

ইমা তম্ফা লোইরেম্মী
থাঙ্গা চী.দা ফীস্নুরৈ
কাবাং চীংদা ফীফৌরৈ
নোংলৈ মরাং হৌরকলে
মালং চৈরোইনরকলে
চরৈ লোককে লাকপদা
থাঙ্গা চীংগী নাপোমদা
শীঙেন অমা হৌরম্মী
নিংথিজৈদা লৈরাংসে
খোয়ুম কনানা থাবনো
পাইমা পুক্লিং হুংঙোলন্সি
শিঙেন নংদি লৈহুংশি
নতিক নয়াই কনবীনি
লৈনা অমা শংবা লৈ
লৈনা অমা ঙৌবা লৈ
শিঙেন লৈপাল য়েংলগা
য়োইময়াই অঙানবা
তময়া খেনজোং লাংবদা

লোইবী চৌংগী নাপোমদা
শিঙেন ঙাংঙ্রা শাংপদি
তম্ফা ঐনা খোয়রাংই
লৈরাং কোলোই থোম্রবদি
শিঙেন নদোম মাংগনি
হম্মা হম্মা য়েংবদা
পুক্নিং খৈনা পেনদেকো
শিঙেন নাওরা মখোয়রেল
লৈরাং কোলোই নম্নিংদি
তম্ফা লাইরেম্বী ঐহাক্না
হম্মা লৈরাং কৌরগে।

# উরিরৈ

লৈমুং মোরি য়োংশুংবা
লাইনিংথৌ খম্লাংবগী
মশাইকোনদা ওংবা লৈ
মউ লি-ওট উরিশা
মনা য়াংলৈ লৈতম্বা
শিঙেন মানা পোম্বলিঙৈ
সনা হৈরু মানবা লৈ
লৈরাং মানা শাংলগা
সনা লৈত্রেং মানবা লৈ
খোয়ুম কনাগী নোংদমনে
পুম্ন লৈশাং তমদেদো
লৈরাং থাকনা শংপা লৈ
ঙুংদাংবাইগী মতমদা
মালং থাঙ্গোল অঙাওবা
থাঙ্গোল লৈনা হুমলকলে
লৈরাং লৈনম পুহুনা
শিনবা থুংনা হুমলকলে
শিঙেন লৈনা ফংবদা

বারোই চীংগী খোইমুনা
শিঙেন শাংফম থিবদা
খোয়ুম কঙাওনবা লৈ
কালেন থাদা পোম্বা লৈ
শজিবু লাকয়েন ফাংপদা
শিঙেন লমঙানবা লৈ
লৈরাং নংসে লৈসুংশি
শিঙেন লৈরেং ভমবদি
নোংদমদবী শিঙেনগ
লৈরাং নংবু কৈদনো
শিঙেন কোলোয় থোনলগে
চীংঙু থুয়া ফংজরো
ইনিংথৌ থম্মাংবা মশাইকোল
উরিপোক লমসুংশিদা ওংবা লৈ
নউনা উরি মানলিদো
উগী মিংথাং লৌহনা
শিঙেন উরিলৈ মিংথোননৈ।

# কুন্দো

পম্মৌ ইংখোল চাইগোইমুং
কোংয়াং ৱাখোং লোইনা লৈ
চীংগু লৈবা তনৌবা
চেকলা মনথিক চম্নুনা
শিঙেন লৈখোং শেম্বা লৈ
মকু লিঙন তেমথেং লৈ
মন্নুং তনজেং খোয়জং লৈ
মউ লিল-ওই উরি শা
মপাল মী-ওই খুৎতম্বা
নত্তৌ য়েংবদা মুংঙোললি
নওং য়েংবদা খোইজংই
হা লৈরাং লৈমুংশি
শিঙেন নংবু কৈদৌরি
মালং মনিল নাইবা
শিঙেন চৈরোইনত্নুনা
মালেম থক্তা চাইরেদো
হেকপীবা কনা য়াওদনা
চীংঙ্ খুয়া ফংদরে।

চৌনবীবা কনা লৈতরে
তাইবং মীমাং হেনদরে
লাংওন হৈবী ইবেম্মা
মুরা লাইজিং লেম্বীনা
লৈরাং খুৎনা পাইছনা
শিঙেন কোলোয় থোনবা লৈ
লৈরাং নাওবা মখোয়রেন
শিঙেন কোলোয় নম্বিংসে
ব্রাগী মীংথাং লৌছনা
বারক কুন্দো মিংথোনগে।

——

## পেক্রকলৈ

থোংনাং থাংঙারা
নিনহু নিমদাং খোলোনচিং
তোম্বা নোইনেম মথুংথাং
পঙ্গাল থরো ঙাংবগী
মপুংয়াইদা ঙংবা লৈ
শিঙেন লৈউ হায়রগা
শাবৌ তেনজৈ মানবা লৈ
লৈরাং লৈনা য়েংলগা
চেকলা শারুং মানবা লৈ
শিঙেন মানা পোমলিঙৈ
পলেম মানবী ইমাগী
শেনগাও শারিক মানবা লৈ
শিঙেন মানা শাংলগা
মুরা নাচোন মানবা লৈ
কুহিনা কোমবং কাবা লৈ
কোমবংনা কোরি চেনবা লৈ
মরিং চাদি মুরাবী
শিঙেন মাবু হেকলগা

নম্বা ইহোং শাদুনা
কোয়ৌ চুপনা চিনবা লৈ
ইনুং নরাল চনলগা
মোলাং থাদা ঙানবা লৈ
ইনুং শোরা ঙানলগা
থৌবী মরাক শামবরা
লৈচু থোইনা কাবা লৈ
শমু খুৎনা পাইরগা
ফকতোপ থক্তা থেৎচবা
কুমলাং চুপনা থেৎপদা
শিঙেন খোইরুম চনদেদো
লৈরাং মরাক শামদেদো
খোয়ুম কনানা থাবনো
নোংপোক নিংথৌ অপানবা
খোয়ুম মাগী শিঙেননি
মশানৌ অপান থোইবীগা
কায়নভৈগী লৈরাংনি
ইয়ুম পোইরৈ মৈতৈদা
কুমজা কুমওনলকপদা
হিয়াংথাং লাইরেম্বী ইমাগী
থৌগন য়াওদবী লৈরাংনি
শিঙেন কোলোয় মমিংদি
নোংপোক নিংথৌ অপানববু
থৌবা হায়না শিংথানৈ
থৌবা মীংথাং লোদুনা
লৈরাং লৈশক য়েংবদা

কুমলাং চুপ্পনা য়েংজবা
অপেনবা মীংথাং থরা লৌ
থোৌবা শিঙেন পেত্রকলৈ ।

## ইঙেম্বৈ

হা শিঙেন লৈমুংশি
খ্বাই লাইরৌ লেপ্পীনা
মুংশি কোংয়াং
বায়ানচীংদা ওংবা লৈ
পম্থৌ ইপা ইবুংঙো
কোরৌ অঙান তেনওমগে
পম্থৌগী কোংয়াং পীবীয়ু
পীবা য়ারোই ইবেম্মা
লাইগী বানি পীফদে
পোইরৈ শুকত্তা শোইদারোই
থাদৈ পোমশাংনগনি
লোইমোম পোমকংনগনি
কারম লমঙাকপা মবুংনা
লাইরৌ লেপ্পী চৎলুনে
কোংয়াং মফম তাকপীগে
য়াংনা থোংদোই হুনলকলে।
লমলেন কুরুম চীং
য়োইময়াই তাওদনবা
শোংলেন ময়াং লাকনা চীং
য়োৎ থেংঙু লমগন চীং

অরাং লাইজ ইরোক তরানিথোইনা
কোনবা লোইবী চীংনিকো
শিংথাবনা বাৎলবা
লোইবী মাদি ভাওন্বা
খোয়ুম মাদি অশুপপা
চীংঙু খুদিং থৌগা চীং
লোইয়া লাকপা
থোংকেন থোইবা ইবুংঙো
ঙানজেং পুন্সি লোকনিকো
নোংবাল মনিন নাইববু
হুয়েন লাললোই পুংনিকো
খ্বাই লাইরৌ লেম্বীনা
মুংদাংবাইরম মতমদা
য়োইময়াই অঙানবা
লীবা লিগুম তোননা হুই
ঙানবা লিগুম খোইথোয়না
তাননা নোংচুপ চীংখোংদা
অঙানসু নেম নেম কুমলকলে
হা শিঙেন লৈমুংশি
শিঙেন মাবু শাৎলম্মী
শিনকংদেদা থৌগাওরে
লৈরাং নংবু কনানো
নঙং য়েংই খোইরাংই
নতৌ য়েংই মুংওললি
শিঙেন মউ য়েংলগা
শেলোই শাজৈ মানবা লৈ

লৈরাং লৈনা য়েংলগা
নিংঙোল ওইবী মখুৎসু
ফীশা তেমগা মানবা লৈ
শিঙেম লৈরাং পোমলগা
মুরা খুৎ-সনা মানবা লৈ
লৈরাং লৈশক তমবনা
লুপা নাচোম মানবা লৈ
শিঙেন নংদি লৈমুংশি
চীংঙু খুয়া ফংলরোই
তাইবং কনা চিনলরোই
লোইবী চীংগী নাপোমদা
লৈরাং নদোম মাংবদো
কনলকইদা লৈমুংশি
লাইরৌ লেম্বী ঐহাক্না
শিঙেন কোলোয় থোনলমগে
লৈরাং কোলোয় নমিংসে
পোইরৈ মৈতৈ চাদোননা
শীংথা খুদিং য়াওজরো
তেংথা খুদিং শকচগে
লৈরাং নংদি লৈমুংশি
ইঙা থাদা ইহুননা
ইঙেন নংনা শাৎপদি
লৈরাং নাওরা মথোয়রেল
হা শিঙেন ইঙেল্লে
লৈরাং কোলোয় থোনপ্রে।

## লৈপাকলৈ

হা শিঙেন লৈমুংশি
খোবুম খোনাও লোক
হামেং খেনজি চীং
লোইবী চমুরা লমগা-লম
বাংবল মৈনা চাকপনে
কোরৌ মৈনা শাবনে
পাথং লোনজা অকনবা
চীংশা পামথা লোয়ানবা
হারু চোংমাই য়ানবদা
বাহি কোকতোন শমথুনা
খালৈ লৌশা শেমলকলে
হোই য়াবা তাবদা
লোইবী চমুরা অহেনবী
শিঙেন মাবু উরুরে
লৈরাং মাবু পামলুরে
হা শিঙেন লৈমুংশি
পালেম ভাইবী তুংওইনা
লৈরাং নদোম শাংপবু করিমুংগী ওইবনো

মালেম ক্লৈমা ইমাদি
কোরৌ মৈনা শাবনা
বাংবল মৈনা চাকপনা
মালেম ক্লৈমা ইমাদি
থৌহু সুংগুম কনলিদো
নশাবী উরাংমৈ খ্বাংনৌবা
তোকসু ক্লৈকন তৌঙমদে
মালেম ক্লৈথিন তোইঙমদে
খোয়ুম কনাগী নোংদমনো
শিঙেন ক্লৈরাং নহাকতি
লাইজা খিকলেন ফংদেদো
কনলবা ক্লৈমাই থকসিদা
থোংনা নৌনা শাংলিবী
শিঙেন ক্লৈনম ফংবদা
শিনজংদরে শিনগাওরে
লোইবী চম্নুরা শকহেনবী
শিঙেন খুংনা হেকলগা
চীংশা নাপোম লাকপনা
মুরা মপাউ মেনলকই
পাখং লোনজা অকনবা
করি থৌবু শুবনো
চম্নুরাদি শকহেনবী
খাক্লৈ লৌশা য়ানবদা
ঙায়হাক্তা ঙাইবীরম্মু
শিঙেন খুংনা পাইরগা
ক্লৈরাং খুদোন তমনক্লৈ

চম্পুরা-ও অথোইবী
নিংথিজৈদা শিঙেনসে
মশক হেনবী লৈরাংসে
করি কোলোয় কোবগে
উরাংমৈ নহা খ্বাংনৌবা
শিঙেন লৈরাং অসিদি
লৈনা লৈপাল উদনা
অকনবা মালেম লৈপাকতা
লৈরাং নতোম শাৎলক্মী
লৈরাং কোলোয় খোনজগে
লৈপাকী মীংথাং লোহুনা
শিঙেন লৈরাং লৈপাকলৈ।

# শা-ঈ-রৈ

হা লৈরাং লৈমুংশি
খ্বাই মুংচেং পীবানা
মরম বাজিং লমজুংশি
চীংগী মীংথৈ শকতুনা
তেনদম্বদা য়াওবা লৈ
খোইময়াই তাওদনবা
সনা ঈনা শাইওনলি
মুংজেং পীবা অথোৌবা
শিঙেন কোলোম শেম্বরা
অঙান মাবু তেনদমই
মুংচেং পীবাগী খুৎশুতেন
নোংদম্বনা কনবনা
পাচুরে-দো অঙানবা
মরিং খুনবী
থয়াই লোক্তা নোংমনলে
কোয়ৌ অঙান সনা-ঈ
লোইবী চীংগী নাপোমদা
পামেন উগী ভেংগারক

ঈঙাং পাকতকনরকলে
ঈমু পাফেন চাইরকলে
মুংজেং পীবা অথোবা
হৱাও খেকনা য়েংলকলে
অঙান-ঈ অহূনা
তেনগারক্তা তাবদো
কয়া নিংথিজরিবা
কৌরৌ নংদি অঙানবা
মাংকদবা নহাকনি
পামেল কোলোয় নমিংদি
মুমিংকী ঈনা তাখিবা
শা-ঈ হায়না কোলোয়গে
কুমগী নোংহৌ লাকপদা
অঙানবগী ঈ অদো
লৈরাং ওইনা শালোনলে
মরা থোংশিং লোনলকলে
নোংদম থুমু হুনলকলে
হা লৈরাং লৈলুংশি
তকুপ তরেং শাৎলকলে
শিঙেন লৈরাং অহূবু
মশানৌ লাইরৌ লেম্বীগী
কোংয়াং রানা পাচুবা
মুমীৎকী ঈনা ওনবা লৈ
পাহোমলকলে মশানৌদি থোংনাংদা
লাইরৌ লেম্বী তাবদা
পলেম ঙমশি তেমশিংনা

পঙ্খৌ ঙমশি শোম্নবা
চীংঙু নোংদম ফংলনি
চৎসি লাক-ও ইবেম্মা
অঙান মাবু তেনদমলে
অসি হায়না লাকপনা
লোইবী চীংগী নাপোমদা
পামেল শকতম য়েংউনে
অঙান ঈনা তাখিবা
শা-ঈ হায়না কোলোয়রে
মশানৌ লাইরৌ লেপ্পীনা
পামেল শকতম য়েংবদা
লৈরাং মাবু শাৎলমলে
মশাবীবু য়েংলগা
য়েংবীয়ুদা অথোবা
শিঙেন লৈরাং অসিদি
মতৌ য়েংবদা খোয়রাংই
মওং য়েংবদা মুংঙনলি
শিঙেন কোলোয় অসিদি
নশানৌনা থোনজগে
হা লৈরাং লৈমুংশি
শিঙেন নাওরা মখোয়রেল
লৈরাং কোলোয় নমিংসে
অঙান ঈনা শালোনবা
ঈগী মীংথাং লৌহ্ননা
শা-ঈ লৈরাং লৈমুংশি
শিঙেন কোলোয় থোনরে ।

হা লৈরাং লৈম্নুংশি
কবুই চম্নুরানা শালোনবী
পলেম পোকত্তবীনা লাংগোললি
মাতোননা থৌদাই-এ
কোরৌ মুমিং চুপ্পবু
বাংলেন অমত্তা পোৎথাদে
ঈম্নুং শোরা ঙানবগা
শিংশা লাংউ থৌদাবী
ইম্নুং নরল চেনবগা
শিননৌ শু-ও নথৌদাং
মোরেল পাইমু মত্তাকপী
চম্নুরাদি চাওদ্রিবী
পলেম থৌদা ইনবদা
মাললংনা য়ৈবা লৈগুম্বী
মীৎলু ইরা চেনহ্নুনা
থুদাং পীক্ষম তৈবনা
নোংদমদেদো ইবেম্মা
অয়ুক থোংবা তরানা

মুমিদাং তননা পীজৈদো
মুমিদাং থোংবা তরানা
অয়ুক্কীনি পীজৈদো
কোরৌ নোংমগী মুমিংতা
কেগে থাংজিং কোইরেললাই
থাংজিং চীংজাও কারকই
শিঙেন লৈশাৎ তমদ্রিবী
পামেল শিংশা লাংবদা
থুবাক মরোল হোরকলে
কোয়ৌ মৈনা শাবগা
রাংবল মৈনা চাকপগা
পামেল উথোং থাদুদা
মালং হুকচিক লাংলকই
মীৎলু লাইজ ইরাচেন
থুদাং পীফম তৈতুনা
পলেম মমাবু কৌতুনা
হিকনা হিকনা কপলকই
হা পলেম মুংশিবী
শজিক মতুং ইনথিবী
থাবা মমৈ বাইখিবী
তাইবং মালং পানসিদা
নমোম নচা থমলক্ষ্মী
পলেম নংদি কাওরবোই
ঐবু পোকপা পম্মৌনা
লাইরা অদোন তানবনা
পোইরৈ তামনা চৎতুনা

তরেং শেনজা তানখিদে!
হায়বীরম্মী পম্থৌনা
ইপাগী ইমোম ইবেম্মা
ইমোম নংদি চাওদ্রিবী
ইচাগী অউন তমনবা
তরেং শেলবু তানলুগে
পলেম নমা অতোনবী
পাইমা লিংজেল খাবীনি
ইমোম নংবু শাগনু
তাকপীরম্মী পম্থৌনা
পম্থৌ মাদি লাকতরে
পালেমগী য়াবা ইনবদা
নমোম খাংবা ওমদরে
কপনা কপনা ইবেম্মা
উরা মোনখাংনদ্রুনা
লোইবী চীংগী নাপোমদা
তুমখ্রেদো ইবেম্মা
চীংঙু নোংদম কনবনা
চীংশোং খুনু লমলৈমা
চেকলা লৈচরেং থারিকপী
পোম্বী লিকশি তরংবী
পোম্বী চেকলা অনিনা
পামেন থক্তা চোংলরে
মপারি মমোম চীনওকনৈ
কবুই চাদি চম্নুরা
উখোঙ খাদা তুমলি-এ

পোম্বী মপাও মেনলকই
ইমোম চেংলৌ মানবীও
করিগী নংনা তুমলিবা
ইমুং নারল চনলকলে
লাংলেন নংবু হৌগৎলো
চেক্লা কুক্রু খোংলকই
পোম্বীনা য়াকায়রকই
পোম্বী খোনজেল তাবদা
খোমলেন মিৎকপ থোকলকলে
মুমিৎ তাখিদৌরেনা
ঐবু ওসি করমনো
চেকলা খোংবা তারগা
হা পোম্বী নহাকপু
থমমুং শাবা তমখিবী
অমন য়াইথোং কুমখিবী
নমোমনা বাবা উহুনা
পলেমনা লাংওনলকপরা
নমোম চৎচরগেকো
শিংশা পাপোৎ লাকশিনলি
লবাই কোইরেনদা হাপগৎলে
মরানয়াইদা থুংলরে
পলেম মমা অতোনবীনা
ওসিদি চংবা য়াররোই
ইমুং শোরা ওানবদা
তরা চাকলেন চাহুনা
শিংচা থন্না থিরুবু

মুমিং তারগা লাকপরা
পংলেম ৱারৌবীগমু
নমোম ৱামনপ্লতুনা
ঙহাক তুমতুনা লৈরুরে।
চীনথকতবু খুম্মীনা
শমলাং তাবু প্যাইতুনা
খোংপাক চেংগাওনরকই
খুৎতুম লান লোইনরকই
মুরা লাইবক চাওবীদো
তরা চাবা য়ারোইকো
থম্বীরম্বী মমোমদো
পোরোন নাচি লোনখ্রে
থোংলোন নাতৈ থিংখরে
ইমুং ইচিক হুনলকলে
ৱাইরা লমচিক খোংলকলে
নোংঙানলমদাইগী মতমদা
নাশোন পীকনা থোকলকলে
হীকনা কপ্পী ইবেম্মা
হা পম্মৌ মুংশিবা
নমোম ৱারৌবীগমু
ঙসিদগী চৎলগে
পাম্বা লৈবা মফমনে
থাংজৌং চীংজাও তমলকলে
পলেমগী হৈনা ইনলগে
ঙাইবীরম্মু অপোকপী
লৈচিন থুনেৎলতুনা

ফিরুক লৈচিন হাংহনা
নমোমবু লৌশিনবীয়ুকো
লাইবক চাওবী ইবেম্মা
চীংখৈ ফিতুপ হুনলকপা
মরিংগী য়েনবা খোংনেমবা
কাইরৈ য়েনবোন মুংদগী
চেকলা কেক্রে য়াকায়রে
শিঙেন লৈশাং তমদ্রিবী
চহুই পোম্বী লিক্লানা
চরৈ তুমনা চোৎলকলে
থাংজিং চীংজাও কারকলে
থাংজিং লাইবু খুরুম্মী
কেগে থাংজিং কোয়রেল লাই
নমোমগী অবাবসি
খোয়ুম নংদি উরিনি
লৌশিনবীয়ু কপলকলে
মরম লমলেন লমমুংশি
লিক্লাই পুকনেম লমগাচীং
শারেং চীংগী নাপোমনি
য়েৎত্রৈ লোংহুম লৌ
ফীবুন ঙাইরোং চীং
চেগাই লৈই তাও
মুংয়েং খুৎপী পোক
কাংঙা পোকপী লমমুংশি
পুংথোনবী লৈময়োন
লোইবী চীংগী নাপোমদা

থমমুং শাবা তান
অমন য়াইথোং কুমলগে
মুরা মদোম চোংথখি
শমলাং চোষ্ঠনা ফা
নোংলৈ মুংশিংনা য়ৈবগুম
মুরা মানা চোংথখি
পাইম লমজাও মিংথোনখি
কেগে থাংজিং কোইরেল লাই
লেমনা মাংবা য়াদেকো
লৈরাং ওইনা শাংলুকো
শিঙেন কোরৌ ঙমথংনৈ
শিঙেন লৈনা য়েংলগা
ইপল তাংগা মওংনি
শিঙেন মানা পোমলগা
লৈরাং ওইবী মহোশা
শমু খুংনিংথো মানবী লৈ
শিঙেন মানা শাংলগা
লুপা নাচোম মানবা লৈ
কুমলংনা কোরি চেনবা লৈ
নকনা য়েংলে ঙৌবা লৈ
লাপনা য়েংলে শংবা লৈ
মোইরাং নিংথৌ মীচাওবগী
মমোম লাইজা লেম্বীনা
লৈরাং চরোং পায়দুনা
মথংলেন পুননাও তাবা নিংথৌ
ঙাইথম লৈনি ইবেম্মা

শাশেন থোংগী থোংয়াইদা
মশাবী পুনাও তাবনা
ইশা নৌদি শক হেনবী
চোইনৌ সনা তনৌবী
শিঙেনবু হেনদেদো
চেংলোনসু হেনদেকো
শিঙেন লৈরাং অহুবু
নথংলেন কনাগী মফমদা
মেলৌ খুদোল ওইবীগে
লৈরাং খুৎনা পাইবনো
করি রানো ইনিংথৌ
শিঙেন লৈরাং অসিদি
লোইদাম কুমশিং য়ামথরে ।
মপু লৈবা শিঙেননি
য়োইবু য়োইহেন মফমলাং
শিঙেন খুদোল তমজগে
লৎনবীসু অথোইবা
সুরা নতৌ য়েংবনি
শিঙেন লৈরাং অসিবু
করি কোলোয় কৌবগে
লৈরাং কোলোয় মখিংদি
রাংথোইদেদো ইনিংথৌ
লোইবী চীংদা শাৎপা লৈ
কবুই চাদি চমুরা
শালোনলকপী শিঙেননি
চীংগী মীংথাং থরা লৌ

শিঙেন কোলোয় মমিংদিং
লোইবী চীং-হাও লৈমুংশি।

# খোঙ্গসে

শাজোক নিংথৌ পাময়ানলে
শাজোক লাংমৈ লেম্বীনা
মবুংঙোদা বাহোমজৈ
শাজোক নিংথৌ ইবুংঙো
লাংমৈ লেম্বী ঐহাক্তি
লাইরা অতোন তাম্বীনি।
য়োইবু য়োইহেন মকাদা
শাৎঙমদবী ওইবনা
ঙসি কোরৌ মুমিৎতি
মুঙোল বাম্নৌবীগমু
ইগাই কাদা য়ৌরগে
ইমুং শোরা ঙানলগা
তরা চাকয়োম লাংজগে
লাইজা ঈশিং লাংজগে
তনঙাইবীয়ুকো ইবুংঙো
ইমুং শোরা ঙানলকলে
অয়ুক য়েনদা অঙনবা
তাম্না শাংলৌ লাংজরে

লাইজা ইপান লাংতুনা
ইমু ময়োন শৎতুনা
তরাগী চাকয়োম য়োমশিনলে
মুরা খোংদোই হুনলকলে।
লাংমৈগী তাওরা মহুইজা
নিংঙোল খোংদোই হুনবদা
শমু মাংবু থারকলে
মুরা মাবু লাকসনু
শাজোক নিংখৌ পাঙ্গলবা
য়াংগেল পাম্বু য়ানলকপা
মশানৌ লাংমৈগী খনবদা
শিনজংদরে শিনগাওরে।
অহিং মমৈ রাইরকপা
কোরৌ ইচিক হুনববু
কোরৌ নংবু ঙানদেদা
য়াংনা খোংদোই হুনলকপা
মরিংগী য়েনদি খোংনেম্বা
কাইরৈ য়েনবোন মুংদগী
চেক্লা কেক্রে য়াগৈবা
রাংলেন অহুম শুবনি
পুগোইনিদি অহানবা
য়াংগেন পাম্বু য়ানলিয়ে।
কোরৌ মালেম অঙানবা
থেংগায়ক্লে হায়বসি
শানৌ মাবু কাওবরা
হৈরাং নাহে তম্বরা

খোংদোইরকভে থনলিউে
লাংমৈ লেম্বীগী মচুইজা
মপু নাক্তা চংলক্লে
তাওবা গৌ-গৌ খোংলক্লে।
অমুক হন্না চেনখরে।
মবেম্মবু লাকপরা
য়াংলৈ মানা য়েংজৈএ।
শাজোক নিংথৌ পাঙ্গনবা
তাওবা মরোল থংদবনা
লিকুং খুৎতা পাইরক্লে
বাংবল মৈনা শাবনে
শানৌ মৈনা চাকপনে
লোন থংদবা তাওব ও
করিগী অদুক খোংইবা
অথৌবা তেনবু থারকলে।
মতিক তুনা পাচুরে।
মালেম থক্তা ওনখরে।
মশানৌ লাংমৈ লেম্বীনা
চংশিনলক্লে ইবেম্মা
তরাগী চাকয়োম খোকচরে।
শাজোক নিংথৌ পাঙ্গনবা
তরা চাকয়োম চাবীয়ু
অবা হাশোক লাংবদো
লাইজ ঈশিং থক্লগা
থম্মোই পেন্না ইংবীয়ু
শানৌ লাংমৈ লেম্বীয়ো

নংগী তরা চাকয়োমবু
খোৗরাংজবা নত্তেকো
লাংমৈ নহাকপু ঙাইবনি
করি রানো ইবুংঙো
তরা চাকপু চারগা
লাইজ ঈশিং থক্লগা
হায়বীনিংবা রারমস্থু
তাকঙনবীয়ু ইনিংথৌ-ও
তরা চাকয়োম চামিমৈ
লাইজ ঈশিং থকমিমৈ।
তরা চাকস্থু খাইদোক্লে
চংবী লাতোন্দা হাপ্লগা
হা তাওবা মন্থুইচা
পোইরৈ কৈদা চৎখ্রবা
তরা চাকস্থু চারো-লাও
তাওবা হোই হোই কৌরক্লে।
ঐগা লাকমিল্লবনি
কদায়দনো নহাকপো
শানৌ মপাও তাবদা
মবুংঙো শাজোক নিংথৌদো
মুংবঙননা লৈখ্রে।
করি তৌরে ইনিংথৌ
ঐনা তাওবা কৌরগা
তুমিন্না লৈবীরিবসে
শানৌ লাংমৈ লেম্বী-ও
করম্না পাওদমশিবনো

শানৌ নংনা লাকত্রিঙৈ
তাওবা অমা খোংলম্মী
শানৌ মৈনা চাকপনা
তাওবা খোঞ্জেল তানিংদে
অখৌবা তেম্মা থাক্লুরে
তেম্মা পাচুরত্রা
তাওবা খোঞ্জেল তাখিদরে।
শানৌ নংগী মল্লুইজা
শাজোক ঐনা কাওরুরে
করি বানো নিংথৌ-ও
য়াইবী শরু লোইজবা
ঐগা তাওবা মল্লুইজা
খমন্নুং খবৈ কুম্বরা
শম্মাং চোইনা ফাদুনা
তাওবা খোঙ্গুল লিররে
শাজোক নিংথৌ ইবুংঙো
অবা শোর মপী হোন
তাওবা নাক্তা চংলক্লে।
মশানৌ য়াংলৌ লেম্বীনা
য়াংলৈ তাওবা লুইহুবু
মত্তমবাক্তা পমদুনা
মিংল্লু লাইজা ইরাচেন
হা তাওবা নহাকপু
কোরৌ মুমিৎ খুদিংগী
লাংমৈ লেম্বী ঐহাকী
নোংবু খুদিং শেনবীবা

শাজোক নিংথৌ মখুৎতা
য়াইবী থরায় থারবোই
হিক্লা হিক্লা কপতুনা
শাজোক নিংথৌ পাঙ্গলবা
ঐগী তাওবা হিংহল্লু
অহুক পুকচেল কনবদি
করিগী হুংগী ওইবনো
শানৌ নংবু শাওগম্মু
খোয়ুম মাগী নোংদমনি
নংগী তাওবা হুই অসে
পামেল থক্তা থাংগৎকে
হিংহ্নবদি য়াররোই
লৈরাং ওইনা শাৎসন্নু
চিংঙ্ থৌনিবা খুদিংদা
লৈরাং মাবু য়াওসন্নু
শানৌ করি হায়বগে
য়াম্না ফরে ইনিংথৌ-ও
কৌরুহুনা খুমলরোই
তেংথাহুনা লাকলরোই।
শিঙেন ওইনা শাৎপদো
ইন্নিং পেননা য়েংজগে।
নথৌ অহু পাংথোকউ
শাজোক নিংথৌ পাঙ্গনবা
কুমগী মতম ওইবদা
লাইজ থিকলেন চাইরকলে
লাংমৈ লেম্বীগী মহুইজা

চিংগু নোংদম ফাবনা
মরা শিখোং লোনলকলে
শিঙেন খুমু হুনলকলে
লৈরাং মরা তাবনা
তাওবা খুজিন মানলিদো
লৈরাং মউ তাবনা
য়াংলৈ খুরোম মানবা লৈ।
শিঙেন লৈনা য়েংলগা
তাওবা হুইরৈ মানবা লৈ
লৈরাং মানা শাৎলগা
য়াংলৈ তাওবা মত্তাক্কী
নাপ্পা মাননা শাৎলিদো
ইবেম্মা লাংমৈ লম্বীগা
শাজোক নিংথৌ অনিনা
লৈরাং চিংনা য়েংলগা
লৈরাং নাওবা মখোইরেল
কোলোই মিংলেন থোনলকলে
শানৌ নংবু য়েংউনে
নিংঙোলগী তাওবা মহুইজা
তোইনা তোইনা খোংবদি
মুরা লাকইএ তাকপনি
তাওবা মনা খোংবগী
মিংথাং খরা লৌরগা
"খোঙ্গল" লৈরাং কৌরগে

— লোইরবা —




